# উলফ কব

(কব স্কাউট)



লৈশাংথেম চাওবা

# উলফ কব

(কব স্কাউট)



লৈশাংথেম চাওবা সিংহ বি কোম, এক এস এ এ (রান)
ষ্টেট ওরগেনাইজিং কমিশ্নার মনিপুর ষ্টেট স্কাউট ইউনিয়ন
শিংজমৈ ইম্ফাল।

ফোংজবী :—

তম্ফা দেবী

লাইরিক ফংফম :—

সীকো বুকস

থাঙ্গাল বাজার ইম্ফাল

অহানবা খুৎলম :-- ১৯৮২

কোপী :- ১০০০

নম্ফম :

মনিপুর ঢৈসন্নারি প্রিনটিং বার্কস

থাঙ্গাল বাজার ইম্ফাল।




# THE ALL-INDIA BOY SCOUTS ASSOCIATION

**GENERAL HEADQUARTERS**

*Chief Scout for India :* Nawab Sir Muhammad Ahmad Said Khan ; of Chhatari (Ex Governar of U.P,) *Chief Commisstioner for India :* Hon'ble Chief Justisce Mr. Vyas Dev Misra

7-Mathura Road Jangpura-B
NEW DELHI-110014
October 1, 1981

*I am glad to know that our energetic State Organising Commissioner for Manipur, Mr, L. Chaoba Singh has written a book on Cubbing in Manipuri which will be published soon.*

*"Cubbing" is the foundation and so it is essential that our Cubs must be well trained so that on becoming Scouts they may do full justice to the movement and richly add to the success of Scouting. I am confident that the book written by Mr. Chaoba Singh will go a long way to help our Cubs and the Cub-masters. I wish the publication all success.*

**(S.H.A Jaffri)**
General Secretary for India and
National Organising Commissioner,

**DEPUTY CHIEF MINISTER** (FINANCE, REVENUE & LSG)
MANIPUR IMPHAL

The 16th October, 1981.

## M-E-S-S-A-G-E

*I am glad to learn that L. Chaoba Singh' State Organising Commissioner (Scout) of the Manipur State Scout Union, Singjamei, Imphal is going to publish a book entitled* **'WOLF CUB'** *in Manipuri for the first time.*

*I hope that the book will be very helpful to the young boys in forming their character and discipline for becoming a good citizen in future.*

*I wish the venture all success.*

(L. TOMPOK SINGH.)

# য়াহৌদোক

উলফ কব ( কব স্কাউট ) হায়বা লাইরিক মচা অসি চহী ৭ তগী ১১ শুবা নুপামচাশিংনা মখোইগী মতুংগী মপুন্সি লাম্লেংনবা ওন্নবা, মমাংগী মীরোল কয়াগী লাইরিক লাইশুদগী লোথোক্লুনা ইক্লবনি।

উলফ কব (Wolf cub) অয়াম্বনা কব স্কাউট হায়না খংনরবা অসি নৌরিবা নুপামচাশিংনা মতিক্কচানা বোয় স্কাউট ( Boy Scout ) ওইবা চহী নৌরিবশিং থংনৈ। নুপামচাশিংনা কব স্কাউটকী রাশক নিংথিজনা ওক্কুনা চৎচগনি অমত্তুং মসিগী অহানবা চাংয়েংশিং অদু পাংথোক্লবা মতমদা মহাক্না কব স্কাউট অমা হেক্তা ওইবা য়াই।

কব স্কাউটতি থৌনাফবা অমত্তুং অকনবা নুপামচানি, মহাক্না মথৌদাং পাংথোক্লবা হোৎনবদা মথরাই ফাওবা থাদোকপদা নাচুংদে। মহাক্না খংজিন খোৎচিন্নবা য়াম্না হোৎনৈ অমত্তুং থিজিনজে। মহাক্না অমুক্তা চৎত্রিবা লৈবাক্কুন্দু অহিং নুংথিল থাইদনা লম্বী পুথোক্লবা হোৎনৈ। মানা মশাবু য়েংশিনজে, মৈ থাগৎতনা অতাংবা মশকনা চান—পক্সবা পোং—থাক্টচ, মী অমত্তুং শাগী থোক্লল লিবা [illegible] মহা[illegible] মী অচৌবশিংনা খোজানহৈ অমত্তুং মথক্কখোংবাশিংনা [illegible]নবা মখাৎ থক হেক্লোক্তে, লিবা ফংবা ইল্লি। মখোইনা মথৌ তৌই, অহনা মতুংগী মপুন্সিবা লৈবাক্না লময়ানবা ওইতনা অফবা মীশক ওই। নুপামচা খুদিংনা কব স্কাউট ওইগদবনি অমত্তুং হৈরেবাক্কী মফমদা তৌফম থোকপা থৌদাং পাংথোক্লবা ওন্না মথৈ হোৎনসি।

লৈশাংথেম চাওবা

It gives me a great pleasure to know that our State Organising Commissioner for Manipur, Shri L. Chaoba Sinh has written a useful book, in Manipuri, on Cubbing to meet the needs of our Scouters, Cubbers etc. The need for such a book was felt for a long time. I have gone through the book and can say that the auther has done well by incorporating a number of illustrations to drive the idea in the minds of readers. This book may be used as an administrative guide but in order to capture the true ideology of the Wolf Cub Movement. Its contents and topics indicate that cubbing is a method of training for boys of the age group 7 to 11 years to develop good citizenship and this training is supplementary to the home and institutional education.

Besides, I find from perusal of its contents that cubbing is based on the distinguished characteristics of the Wolf designed in the Jungle Book written by Rudyard Kipling.

I wish the publication all success.

Dated Imphal,
The 1st. September, 1981.

M. Ibobi Sing, B.A .L.L.B.
Gilwellian and Advocate.

১ বা পন্দূপ

# "উলফ কব"

নহাবোলশিংনা মতিকচানা বোয় স্কাউট ওইবা চহী নৌরিবশিংবু উলফ কব কৌই। মরমদি, উলফ কব অমা হায়বসি কৈশাল মচাবু হায়বনি। স্কাউটশিংবু উলফস হায়বদি কৈশালশিং হায়না কৌই অদুগা নহা ওইবা স্কাউটশিংবু উলফ কবস হায়বদি কৈশাল মচা হায়না থংনৈ। অ'মেরিকাগী পেরিজগী নোংচুপতা য়াম্না লাম্বা লৈবা রেড-ইণ্ডিয়ানশিং অসি স্কউটশিংগী জাৎ অমনি। জাৎ অদুগী





মী খুদিংমক অকবা স্কাউট অমমম ওই। অদুগা কনাগুম্বা অমনা স্কাউট ওই-ত্রবদি মহাক্কী মরমদা করিস্তু খম্নবিবা তৌদে। মরম অদুনা থৌনা ফবা নহারোল-শিংগী মতুংদা থাইদগী হেন্না ফবা স্কাউট ওইনবা য়াম্না কন্না চাংদম্নবা অমা থোকই। অদুগা মখোইগী মরক্তগী খরাইদগী ফবা অদুনা "উলফ" হায়বদি কৈশাল হায়বা

মিংথোল অসি ফংই। উলফ হায়বগী অর্থদি থাংজৈশেংনা অফবা স্কাউট অমা হায়বনি অহুনা মসিগী মহুংদা মচু মখল মথলগী লৈবা য়াই। অহুগা থা অফ্রি-কাদগী মীশিং অসি পুংখেন থেন্নরবসু, অফবা স্কাউটশিং লৈগে অমস্তুং মখোইগী খাইদগী ফবা স্কাউটশিংবু "উলফস" হায়না কৌই।

মরম অহুনা ঐখোয়না খংলে, মহুদি স্কাউট অমা হায়বসি পৌনাফবা অমস্তুং অকনবা মুপা অমনি, মহাক্না মখোই পাংথোক্লবা হোৎনবদা মথরাই থাবা ফাওবা য়াই, মহাক্না অমুক্তা চৎত্রিবা লৈবাক্তসু অহিং লুংথিল থাইদনা মহাক্কী লম্বী পুথোক্লবা হোৎনৈ, মহাক্না মশাবু য়েংশিনজে, মৈ থাদোক্তুনা চান-থক্লবা থোং-থাকচে, মহাক্না মী অমস্তুং শাগী থোন্জুল লিবা ঙমই, মহাক অসি মুপী অঙাংদা থৌজাল হৈ অমস্তুং মহু পুন্নমক্কী মথক্তা মহাক্কী মথক থোংবনা পাবা ময়াথংগী মতুং-ইন্না শিবা ফাওবা ইল্লি।

বোই স্কাউটশিংনা থবক নৌমই, মরমদি মখোয়না তুংদা পৌনাফবা স্কাউট অমস্তুং লময়ানবা (পাইওনীয়ার) ওইহুনা লৈবাক্কী কান্নবা তৌরকপা য়াই। হৌজিক্কী কবশিংনা মতুংদা অফবা উলফশিং ওইরক্কনি। অঙাং কাংবুনা পুন-শিল্লগা উলফ কব মপৈ হায়না কৌই। রুদয়ার্ড কিপ্লিংনা মহাক্কী জঙ্গল বুক কৌবা লাইরিক অহুদা অপিকপা ইণ্ডিয়ান মচা অমনা থাংজৈশেংনা কৈশাল কাংবুগা মতম অমদা লৈমিন্নখিবা রা ই। হায়রিবা অঙাং অসি শীংজনবা অমগী মচানুপানি। মহাক্না কৈ অমদগী নাম্থোক্তুনা কৈশাল অমগী মক্তোন্দা লাক্তুনা জঙ্গলগী কাংবুনা য়োকখৎলমই। অঙাং অহুগী মমিং মৌগ্লি হায়না কৌই, অহুগা মহাকপু য়োকপা কৈশাল মমা মপা অহুনা মহাক্না মতোমতনা শা তানবা ঙমদ্রি-কৈদা য়েংশিনবীরমই। মহাক অসি সিওনি পেক্ত য়াওবা অকেলা হায়বা লোন গ্রে উলফনা মখোয়গী লুচিংবনি। মৌগ্লিনা কৈশাল মপা অমস্তুং মমা মখোয়গী মচাশিংদগী হিরম য়াম্না তম্লমই। অহুগা মঙোন্দা বালু হায়বা শওম অমস্তুং বঘীরা হায়বা কবোকৈ অনিহুনসু তম্বীরমই। বালু হায়বা অসি অনোইবা অমস্তুং তুমগনবা শানি, অহুবু উমংগী মরমদা য়াম্না থংহৈবা অমস্তুং লম্ব লাম্থোক্লবা

অরোনবা রাইহেন্সু হৈরমই। মসি পুন্নমকসি মহাক্না মৌগ্নিদা তম্বীরমই অমসুং অঙাং অত্তুনা য়োংয়ামগা লোমননা খুদোংথীবা তারবা মতম্দা য়াম্না কান্নরকথি। মখোইনা বালু অমসুং বাঘীরাবু কা হায়বা লাইরেন অত্তুগী মতেংনা য়াম্না কন্না শোক্নরগা কল্লমই। বর্ঘারানা মোগ্নিদা করম্না শা তানবগে অমসুং হাৎকদগে হায়বত্তু তম্বীরম্মী।

মৌগ্নিনা থৌনা ফবগী থবক কয়া তৌখি অমসুং শেরখান কৌবা কৈ অত্তুনা মঙোন্দা তৌখিবা অবানবশিং অত্তুগী মহাক্না হাৎতুনা লমন খুমখি। শেক্নবা শা অসিগী মউন অত্তু উলফশিংগী কাউন্সিল রোক্তা মখোয়না তুংগী থৌরম খন্নবদা শাবাক ফংহনা ফোই।

## কাউন্সিল রোক অমসুং সার্কলশিং

কিপ্লিংগী রারিগুন্না ঐখোয়গী উলফ পেকান্সু কাউন্সিল রোক লৈ। মসি অপিকপা তুংগী নত্রগা উচুক নত্রগা চেক্না কোইশিন্দুনা লৈ। রোক সার্কলদি খাংকাপা অকুমলোম লাপই অত্তুগা কাউন্সিল রোক্তা ময়াইদা লৈ। মসি কবশিংনা মরেংদুমগা মবেংদুমগা করক করক ইনশিন্নদুনা লেপ্লগা শেমই।



অত্তুগা পেরেদ সার্কলনা মসিদগী য়াম্না হেন্না চাওই অমসুং কবশিং মথুং মথুং শন্নত্তুনা চিংন্দুনা অচৌবা সার্কল অমা শেমই।

রোক সার্কলনা রা ঙাংনবগী শিজিন্নৈ। পেরেদ সার্কলনা গ্রান্দ হোল, জঙ্গল ডান্স অমসুং রেল্লিশিংগীদমক্তা শিজিন্নৈ।

⊙ কাউন্সিল রোক  × পেরেদ সার্কল  0:0 রোক সার্কল

## গ্রান্দ হোল (য়াম্না হৌনা লাওবা)

উলফশিংনা কাউন্সিল রোক্তা ইকোয় কোয়না কন্নগা অকেলা কৌবা ওলদ উলফ (অহল ওইবা কৈশাল) অদুনা মপৈ অদুগী মকোক থোংহনা রোক অদুদা কমই। মখোয় পুম্নমক্না মকোক থাঙত্তুনা মহাকপু ওকপা ওইনা থোংই।

ওলদ উলফ অকেলা হায়বদি কমাণ্ডর নম্বরগা অত্তোপ্পা স্কাউটরনা মখোইগী ম্রিতিংদা লাকপদা পেক্না মঙোল্দা নহাওইবা কৈশালশিংনা ইকোই কোইশিন্না লৈত্তানা ফমদুনা খুরুমই, অমস্তুং মঙোল্দা উলফ কব গ্রান্দ হোল পি।

অকেলানা পেক, পেক, পেক, হায়না কৌবদা মখোয়না থুনা উলফ কবনা তৌবদৌনা ইকোয় কোইশিল্লি। অদুগী মতুংদা লৈত্তানা থোংদোল অমস্তুং খুদোন অনি অনিনা লৈবাক শোক্তুনা লৈত্তানা ফমথৈ। অদুদগী নহা ওইবা উলফশিংনা মরাইথাংগৎতুনা হৌনা লাওই। অদুবু লাওবিবা অদুগী অর্থ খরা লৈ। মদুদি মখোইনা মাদু নিংথিনা ওকপা পামই অমস্তুং মহাক্কী ময়াথং পাংথোকনবা শেম শাদুনা লৈ হায়বা উংলি। পৃথীবী অপুম্বগী পেকশিংগী মকোনদি "ঐখোইদা হেক ঙম্বা মথৈ অফবা তৌগনি", মরম অদুনা মখোইগী কমাণ্ডরন খুদম অদু তৌরবা কান্দা মখোইনা পুন্না য়েন খোংবদৌনা য়াহৈ খুদিংমক য়াম্না শাংনা চিংলদুনা লাউই। মদুদি, অ-কে-লা ঐ খোই-না হেক ঙম্বা ম-থৈ অ-ফ-বা তৌগনি" অরোইবগী য়াহৈ "তৌগনি" হায়বা অসি থুনা অমস্তুং হৌনা লাওবগা লোয়ননা খংহৌ হৌগৎকনি অমস্তুং কৈশালগী মনা অনি য়ুংখৎপদৌনা খুৎ অনি থাঙৎকনি। মসিনা তাকপদি মখোইনা মখুৎ অনিমক্না খাইদগী হেন্না কবা থবক তৌগনি। অদুগা অতৈ অঙাংগুম্না মখুৎ য়েৎতনা তৌবগুম তৌরোই। মখোইনা তৌবা থবক অদুনা অতৈ অঙাংশিংগী শরুক অনি হেন্না অফবা তৌগনি।

'হেক ঙম্বা মথৈ অফবা তৌ" হায়বনা কবকী মৌটনি। লুচিংবা কবনা হেক ঙম্বা খোম্বাংদা "দীব—দীব—দীব" হায়বদি, হেক ঙম্বা মথৈ অফবা তৌ", হায়না কৌরকপা মতমদা মখুৎ অনি অদু থাঙৎতুনা লৈগনি। অদুদগী

মরিরকম্বুবা 'দীব কৌরকপদা ওইথংবা চুম্না থাদরগা য়েৎথংবা খুৎকা অনি তিং থোক্লগা শলাম তৌই। অহুদগী খুৎ তিংথোক্লগা "দোব — দোব — দোব — দোব" হায়বদি "ঐখোয়না হেক ঙম্বমথৈ অফবা তৌগনি হায়না লাওই।

মরিশুবা "দোব" লাওরবা মতুংদা মখোয়গী য়েৎথাংবা খুৎ অহু নিংথিনা থাদহুনা ময়াথং ঙাইহনা লৈ। অহুদগী লৈত্তানা অমুক ফমথহুনা ওলফ উলফ অহুনা গ্রান্দ হোল লাওরকপদা কয়া অফবা তৌবা ঙম্বগে য়েংসি।

## পেক! পেক! পেক!

কবশিংনা করিগুম্বা থবক তৌরিঙৈদা মখোয়না "পেক পেক পেক" হায়না কৌবা তারবদি, খুদক অহুমক্তা "পেক" হায়না খুমগনি অমম্বুং কমাণ্ডরগী অকোইবদা পেরেদ সার্কল শেমই। মহাক্তা অমুক্তা "পেক" হায়না কৌরবদি তুমিন লৈউ হায়বনি অমম্বুং মী খুদিংমক্ক মখোইনা তৌরিবা থবক অহু লেপ্লগা তাহুনা লৈ। ওলদ উলফ অমা নত্তনা "পেক" হায়না কৌবা য়াদে। সিক্সরনা ( তরুক পুনখা ] মাগী সিক্স অহু পুনশিন্নবা মাগী সিক্স কিমচুনা কৌই।

## এলার্দ ( চ্যেকশিনবা )

এলার্দ হায়বদি চ্যেকশিল্লো হায়না য়াথং পিরকলবদি সিফাইগী মতৌগুম্না খোংনিং পুশিন্দুনা খুদোল ফাকতোক্তুনা খুৎ চপতিংনা থাদরগা থবাক নিংথনা থাঙ্গৎতুনা মিৎনা মাংলোমদা য়েংহনা লেপকমি। অহুগা "এত ইজ" হায়বদি পোৎথরো হায়না য়াথং তৌরকপা মতমদা খোং লাউনা থাংদোক্লগা খুৎ অনি তুংদ পুন্দুনা লেপকনি অহুগা মা-মাগী অকোইবদা মখোইনা হেক য়েংনিংবা মথৈ য়েংগনি।

———

## ২ শুবা পন্দূপ

# জঙ্গলগী মরমদা খংগদবা

অকেলা হায়বা অসিনা অশিংবা ওলদ উলফনি মহাকসি পেককী মংকোকনি অমস্তুং কাউন্সিল রোক্তা লৈ। মহাক্না নহাওইবা উলফশিংনা পেক্না লো। অদুগা ঙাকই হায়বা উই। মহাক অসি অহল অমগুম্না অঙাংশিংবু মশা কন্নবা অমস্তুং কান্নহনবা তম্মী। অকেলা হায়বসি ভারতকী হিন্দী রাহৈনি মসিগী অর্থদি কনা-গুম্বা অমা মতোমত্তা হায়বনি। অকেলানা কাউন্সিল রোক্তা মতোনতনা ভৌবা-গুম্না পেক্কী লুচিংবস্তু কামাণ্ডর অমত্তা লৈ। অদুগা পেক্তা তোঙান তোঙানবা লুচিংবশিং লৈরবদি, মখোইশিংনা মতম অমতদা তোঙান তোঙানবা থৌরম তৌ-নবা হোংনগনি। অদুনা কদ খরনা মখোইগী মতুং ইনগনি অদুগা খরমথেনা অতোপশিংগী মতুং ইনগনি। মখৈ থংদদি পেক অদূ উলফশিংনা মখোয়গী অকেলা হুন্দোক্লমহুনা অতোপ্পা লিদরশিংগী মতুং ইল্লি। মতম খরা লৈরগা মখোয়শিং অদুগা খরনা লাংদা থুক্কহনা মখোং তেকপা য়াও, খরনা মখোং শেত্তুনা শোক্ল শোক্ল চংপা য়াও খরনা চিঞ্জাক ফংতনা চারুহুনা মশাদা পাংপা পোম্বনচিংবা থোকপা অমস্তুং অয়াম্বনা লমাংনবা থোকই। মখোইনা অমত্তা ঙাইবা লুচিংবা অকেলাগী মতুং ইল্লবনি মসি কৈদৌঙৈদস্তু থোকলোই।

শেরখান হায়বসি ম্নাম্না থংনগনবা কৈনি, মহাক্কী মশা মরাং মরাংই অথৌবা ময়া অমস্তুং থূজিল লৈ। মহাক অসি থংনগনবা অঙাংশিংগুম্বনি, অদুগা মাগা করিগুম্বা থংনবা তারবদি করিস্তু মথৌনা লৈতে।

অদুগা "তাবাকিদি" লোম্না শং শং চংপা লমহুইনি, মহাক্না অমগা অমগা চিরোল তৌহনা মরূপ শান্নবা হোংনৈ। অদুগা মহাক্না মখোইশিংদগী লোথোক্পা

পায়রই। তাবাকিগুম্বা অঙাংশিংনা লোম্না লোম্না শং-শং চংতুনা মখোয়গী থবক শুক্রবগী মচুংতা অতোপ্পদগী লৌথোকনবা হোংলে।

মরম অদুনা ঐখোয়না উরে, মরমদি জঙ্গলগী শাশিং অসি ঐখোয় মীওইবগা য়াম্না মান্নে। অদুগা হায়গ্রিবা শাশিং অসিগী মথক্তা জঙ্গলদা অতৈদা য়াম্না লৈরি।

মৌগ্লিবু কাউন্সিল রোক্তা পুরকপা মতমদা মহাক পেক অমদা য়াওহনগনি। মসিগী অর্থদি মহাক্না পেক্তা মেম্বর অমা ওইগ্রিবৈঙদা মচুগী আইন অমসুং চং-নবীশিং হায়া তমগনি মরম অদুনা অহল ওইরবা শওম বালু কোবা অশিংবা, অনৌবা অমসুং তুমগনবা অহল ওইরবা ভিক্ষারী অসিনা মহাকপু অহলশিং অদু তম্বী। অদুগা বাঘীরা কোবা অচৌবা অমুবা কবোকৈ অদু অকনবা অমসুং হৈশিংবা শাদানবনি। মহাক্না মৌগ্লীবু শাদানবা অমসুং জঙ্গলগী থবক তম্বী।

মরম অদুনা, মখোয়গী পেক্তা কমাণ্ডর হায়বদি মখোয়গী লিদর অকেলানা মখোয়দা তম্বী। অদুগা মহাকপু মতেং পাংবিনবা নীংথীনা মপুং ফানা চাওরব বালু অমসুং বঘীরানা মতেং পাংগনি। অদুগা মখোয়শিং অসি পুন্না ওলদ উলফশিং হায়না কৌই।

## অনৌবা মরুপ ( নিউ চম )

উলফ কব ওইনিংবা অঙাং অমবু "নিউ চম" নত্রগা "রেক্রুই" হায়না মহাক্না পেক্তা লো, রাশক সলাম মতৌ অমসুং গ্রান্দ হোল অমসুং মখোইগী মমিং খংগ্রিবা ফাওবা কৌই। অদুদগী মহাকপু তেন্দর পাদ হায়না মিং চল্লি অমসুং উলফ কবশিংগী ইউনিফোর্ম শেংকনি। মহাকপু তেন্দপাদ হায়বগী মরমদি, মহাক্না মহাক্না মচিঙাক থিবা নত্রগা জঙ্গলদা শায়বদা মচুগী মরম খংদনা লম্বী শেরায়না চংপদা থূনা চোকথৈ অমসুং মাগী তেল্লবা মখোং অদু শোকই অমসুং খোংলি। অদুগা মহাক্না চলাক ( dodges ) খরা হেক খঙবগা মপুং ফাবা কব অমা ওই।

## সেলুট ( সলাম )

কবশিংনা মখোয়গী কমাণ্ডরশিং, অতোপ্পা কবশিং অমসুং স্ক্উটশিংদসু মখোয় অরোনবা খুদমগী সলাম তৌই। মখোয়গা গ্রান্দ সেলুট হায়রবদি মখোয়না গ্রান্দ হোলদা অহল ওইবা উলফতা সলাম তৌই অদুগা যেশা মতমদা মহাকপু উন্নবদা নত্রগী ভাংনবা মতমদা অচম্বঃ সলাম তৌই। সলাম অসি য়েংথংবা খুৎকী খুদোম্বীনা তুপি শোক্লা তৌই। মসিদা মহাক্কী খুবিনা খুনাওবীনা অমসুং খুনিংথৌ অনিবু পায়র্শিল্লি। মসিনা উলফ কবকি বেদজ ওইনা শিজিন্নে সলাম তৌবদা খুৎশা অনি লিঙ্ঙৎপা অসি কৈশালগী মনা অনি য়ুংথৎতুনা লৈবগুম্বনি।



কবকী সলাম অসিবু মরুপ শান্নবগী খুদমনি চহি কয়াগী মমাংদা মহাক্না য়েক্নবা অমবু হাৎকে হায়না শিংলমবা য়েক্নবা অমা ওক্নবদা য়াম্না থৎন্দুনা ফুন-চৈনবা থোক্তুনা কনানা মরুপনো অমসুং কনানা য়েক্নবনো হায়বা থওনদে। অদুগা মরুপ অনি উন্নবদা মখোয়না মখুৎ য়েৎথংবা থাঙ্গৎতুনা খুবাক তিংথোক্নরগা খুলাই য়াওনদে, করিসু অমাং অতা থোক্লোই হায়না উৎনৈ। অদুনা মমাংদগী মরুপ ওইবগী খুদম অসিনা কয়াদা লায়না সলাম ওইরক্লিবনো হায়বা উরে। মরম অদুনা কব অমনা অতোপ্পা কব নত্রগা স্কাউট নত্রগা কবকী বেদজ থেৎপা অমগা উন্নবদা সলাম তৌই।

## উলফ কব পেককী লো

কবনা ওলদ উলফতা শিন্নে। জঙ্গলদদি ওলদ উলফনা শিংই অমসুং নীংথীজন শা তানবগী মরম থংই। মরম অদুনা কব খুদিংনা মতম লৈবথিবিক্তা খুদক্তা মহাক্না হায়বা ইল্লি। ওলদ উলফপু উদ্রবসু কবনা মহাক্কী য়াথং অদু ইল্লি, মরমদি পেক অদুদা লৈরিবা উলফ খুদিংগী য়াম্না ইকাইখুম্নগা লোইননা থবক তৌই।

১। কবনা মাগী মপা-মমা অমসুং মাষ্টরশিংগী ময়াথং অহু মখোয় উরবসু উত্রবসু ইল্লি। খাইদগী হেন্না পাকপা কবনা মতম পুম্নমক্তা থাজবা য়াই, মরমদি মখোয়না অহংগশিংনা পামলিবা অহু পাঙথোকই।

২। কবতি মশাগী য়েংদে। The Cub does not give in to himself ) নহা ওইবা উলফ অমনা মশাগী নত্রগা মহাকী পেক্কী মচিঞ্জাক ফংনবা থেব অমা তানবদা মহাক্না চোকথহুনা লেপ্পা পামই, অহুবু মহাক্না মশাগীদমক্তা য়েংদে। মহাক্না মহুদা লেপই অমসুং মহু তৌগনি হায়না লৈ। মহাক্না মহাকী ঙম্নমখৈ হোংনগনি অমসুং অতোপ্পসু হোংনহনগনি। মমৈথংদা মহাক্না থেবা অহুসু মহাকতৌনা চোকথরে, অদুনা মহাক্না মাগী চান্না ফংলে। অসুম্না মখোইগী পেক্তা কনাগুম্বা কব অমবু করিগুম্বা থবক হায়বদি ইরোইউ, থৌরি চোংউ হায়বদা মহাক্না খুদোংথীবা নত্রগা চৌথবা ওইরবসু মহাক্না মহু থাদোকপা পাম্নবসু কব অমনা মহু কৈদৌঙৈদসু তৌদে, মহাক্না মহু তৌহুনা লৈগনি অমসুং অতোপ্পসু হোংনহনগনি। মহাক্না হেক ঙম্নমখৈ তৌগনি অমসুং মমৈথংদা মাই পাক্কনি।

## রাশক

কনাগুম্বা অঙাংনা মখোয়গী মখৌ নত্রগা শান্নগদবা গেম নত্রগা লোয়নবদা কপ্পা য়াওই। অদুবু উলফ কবশিংদি মখোইগা মান্নদে। মখোয়গী পেক্তা মখৌ পাংথোকদবা মরম লৈজে, মখোয়না মখোয় মশা মশাবু মুংঙাইথোকই। মরমদি মখোয়গী গেমস অহু তাক্লবা আইন অমসুং থবক অহু থাংজৈশেংনা কান্নবা ঙাক্কনি।

স্কাউটকুম্না অঙাং অমনা উলফ কব ওইক্রিঙৈদা মথাগী রাশক অসি শকই। "ঐনা হেক ঙম্বা মখৈ অফবা তৌগনি, মহুদি ঈশ্বর অমসুং ইরৈবাক্কী মুকমদা ইথৌ তৌগনি। উলফ কব পেক্কী লো অহু ঙাকচগনি অমসুং মুমিৎ খদিংগী অফবা থৌরম অমমম তৌজগনি।

## মখৌ তৌ

কনাগুম্বনা থবক অমা তৌগনি হায়না রাশকপা মতমদা মহাক্না মতুংদা মহু খৌশাম্নকতে নত্রগা মহু তৌবা কাওথোকখিবা য়াই। অহুগা অমরোমদা হায়রগা

উলফ কব অমনা থবক অমা তৌগে হায়না রাশকপ্রবদি মহু মহাক্কা শোয়দনা তৌগনি হায়না লেপ্পী।

১। ঈশ্বরগী মফমদা তৌগদবা মথৌদি, কৈদৌঙৈদসু ঈশ্বরবু কাউদবা মথোয়না তৌরুবা থৌরম খুদিংমক্তা ইবুঙো মাবু নিংশিংবনি মথোয়না করিগুম্বা ইবুঙো মাবু কাউত্রবদি থবক থৌরম খুদিংদা অরানবা অমতা তৌরোই। করিগুম্ব অরানবা অমা তৌবা মতমদা ঈশ্বরবু নিংশিংলবদি মথোয়না তৌরিবা অরানবা অত্থু লেপকনি।

২। মরৈবাক্কী মফমদা তৌগদবা মথৌদি, উলফশিংনা পেক অমদা মকোক ওইবা উলফনা হায়বা ইনবগুম্না লৈবাক অমগী মকোক ওইবা রায়েনবগী ময়াথং ঙাক্না চৎকনি। ঐখোয়গী ভারত অসিসু অচৌবা মখলগী পেক অমনি, অদুনা মসিগী মকোক ওইবা প্রেসিদেন্ট লৈ। অদুগা ভারতকী প্রজা পুম্নমক নহাক্কা ময়াথং ইল্লবদি মখোয়গী থবক অত্থু মায় পাক্কনি।

অদুগা কনাগুম্বা অমা মাগী হ খলতনা আইন য়াওননা করিগুম্বা শাগ্নবা হৌরবদি মায় পাকপা ঙমলোই। অদুগা ঐখোয়না নীংথিজনা ভারতকী প্রেসিদেন্তগী ময়াথং ইল্লবদি ঐখোয়গী ইরৈবাক্না মতম পুমক্তা মায় পাক্কনি।

মতৌ অসুন্না উলফ কব অমনা মহাক্কী পেক অমসুং সিক্কি লুচিংবনা হায়বা ইনগদবনি।

## অফবা থৌদাং তৌবা

উলফ কবকী অরোইবা রাশকতি নুমিৎ খুদিংগী কনাগুমবা অমগী মফমদা অফবা তৌবা হায়বনি। অদুবু মথোয়না তশেং তশেংনা হায় হুমহুনা মথোয় মশা হুঙাইথোকই। মহুদি মথোয়না উলফ কবকী মশান্নশিং শাগ্নহুনা, কেম্প তৌহনা, শা-উচেকশিংগী মরম্নদা য়াম্না থিজিন খোচিনবা অসিনচিংবা তৌই। তৌইগুম্বসু মথোয়শিং অসিনা হুংঙাইহল্লবসু মসিদগী হেন্না অফবা মরম অমা লৈরি। মসি য়াম্না লাইথ্রবা মওংনি, মহুদি মথোয়না অত্তোপ্পা

মীশিংবু মুংঙাইনবা হোৎনববুনি। মুমিৎ খুদিংগী মখোয়না অতোপ্পদা থৌজাল অমমম তৌই। মসিদা অতোপ্পা মী অমু মরূপ নত্রগা থঙন্দবা, মুপা নত্রগা অঙাং অমম্মং নুপী ওইরবস্থ মখোয়না মুপিগা অঙাংগনা। হেন্না খুদোংচাবা পিগনি। থৌজাল নত্রগা অফবা থৌদাং তৌবা হায়বা অসি য়াম্না চাওবা থবক নত্তে। মখোয়না ময়ুমদা কারিগুম্বা নোঙ্কপগী থবক থৌরম তৌবগী খুদোংচাবা ফংবা য়াই। হায়বদি ময়ুমগী থবক ইনখাং তৌবদা মতেং পাংবনচিংবা য়াই। অমুগা ময়ুমগী মপান্দস্থু মখোয় অপিকপা অঙাং অমবু লম্বী লাম্হোকপদা নত্রগা অতৈ থবক্তা মতেং পাংবা য়াই।

কনাগুম্বা অমগী পোৎ-চৈ পুবিনবা শেম শাতুনা লৈগনি। মখোয়গী বসতা ফমফুম অমু অতোপ্পশিংদা পীবিমুনা মখোয়না লেপকনি। লম্বী খঙত্রিবা মীবু লমজি বিগনি, নুপী অঙাং অমম্মং মনিৎ তাঙবা মীবু মতেং পাংগনি। থৌরাং-লবা শা-শলদা ইশিং পিথকনি। মহুম হুমদোকখ্রবা উচেক য়ারাশিংবু ঙাকপিগনি। হায়খিবশিং অমম্মং মসি নত্তবা মরম চাম্না চামবু উলফ কব অমনা তৌবা ঙম্মী অমম্মং শোইদনস্থু তৌগনি। মরমদি মখোয়না থবক থৌদাং তৌগনি হায়বা অমু পাংথোকহনবা তাই।

অমুগা মখোয়না তৌরুরিবা অমুগী মনা অমদি মমল অমতা লৌরোই। অদুগা মখোয়না শেল থুম লৌরুরবদি, মমু অফবা থৌদাং অমা মত্রে, মমুদি শেল তান্দুনা তৌবা থবক তাই।

উলফ কবশিংগী মঙকশমদা পুল্লিবা স্কার্ফ (scarf) মতোনগী কিশি অমুনা কবশিংদা মখোয়গী অফবা থৌদাং তৌনবা নিংশিংহল্লি। অমুগা মখোয়না কব অমা ওইনা রাশক্রবদি মখোয় নোংমদা অফবা থবক অমমম তৌবা কাউরোইদবনি।

## কবনা ময়া হিগৎলি (নোক-খে)

কবশিংবু মুন্না য়েংশিল্লবদি মখোয়দি মতম পুন্নমক্তা হিগৎতুনা লৈ। মখোইদি অয়াম্বা মতম্মদা মোমোন মোমোন নোকই। মখোয়না নোক্লিংত্রবস্থ, মখোয়না হেম্না কপনিংবা মতমদস্থ তৌদে। থাংভৈমকপেংনা হায়রবদি কবশিংনা মতম্ম পুন্নমক্তা অরাবা খুদোংথিবনচিংবা তারবস্থ নোকই।

মতম অমদা ফ্রেন্সিপ পালমর কৌবা ১৮ শুবা ব্রষ্টোল গ্রূপকী উলফ কব অমা গাড়ীনা ভকথাইহনা মহাকী মখোঙ ওইথংবা অহ অনি থোক্লা তেক্লমই। অহুগা মাগী মমাইশু নাকল অমা থীনা শোক্লমই। মহৌশানা অঙাং হায়বসি য়াম্না অন্না-অনা চাওগল্লি, অহ্নূ ডাক্তর অমসুং নর্শশিং অহ ঙেক্লহনা অঙাং অদুগী থৌনা ফবা উরহনা হংলমই। মহুদা অঙাং অহনা মহাক উলফ কব অমনি অহনা মহাক্লা কপতবনি হায়রমই।

## ইউনিফৰ্ম

অতোপ্পা শাশিংগুম্না জঙ্গলগী কৈশাল মচাশু মখোঙ মরি, মকোক অমা অমসুং মমৈ অমা পাল্লী। অসুম্না হামেং, ওক, নত্রগা জিরাফশিংগীশু লৈ। অহমু মখোইশিং অসি মান্নবা মথল অমগী মচু লৈতে। অহবু কৈশালদি মাগী মওং মচুনা শা অয়াম্বগী মরক্তগী হায়বা ঙমই। মতৌ অহুগুম্না অঙাংগী উলফ কবশিংশু অতোপ্পা অঙাংগুম্না মখোং মথুংনচিংবা লৈ। অহবু মখোয়না শেংলিবা ফিজোল অহ অতৈ অঙাংশিংদগী তোঙাল্লী। মরমদি মখোয়না কবকী ইউনিফৰ্ম হায়বদি, জরসি, খোংগ্রাও অককপা, খোংমোজ্রা ভুরী অমসুং মখোয়গী পেক্কী মচুগী স্কাৰ্ফ শিজিন্নৈ।

জঙ্গলগী কবশিংগুম্না মখোয়না ইউনিফৰ্ম অহ লু-নাম্না থমই, মখোয়না লৈখোম লৈনাং অমসুং অমোংপা। অমত্তা পকহন্দে, মহ শেগাইদনবা কন্না চেকশিল্লি। অহুগীশু মথক্তা উলফ কবশিংগী ইউনিফৰ্মগী হেন্দোক থোই-দোক্লা অৰ্থ লৈ। মহুদি মখোয়না পৃথীবী পুম্বগী চাওরবা মচিন মনাও ওইবগী মেম্বর ওইরে।

মী অয়াম্বনা ইউনিফৰ্ম শেংপা অঙাং উরগা ময়াম্না থল্লি। মরমদি মখোইনা মহাক অসি ইচম চমবা হুপা মচা নত্তে হায়রা থংই। অদুগা মহাক্লা লু-নাম্না অমসুং মশা থিং-থিং লাউই অমসুং মহাক্লা য়াথং ইনবা অমসুং অঙাংশিংগী অকথা থৌরম তৌগনি হায়না থাজ্জে। অচুমবনি, ইউনীফৰ্ম শেংপা স্কাউট অমনা

লানমী অমগুম্না মথোয়গী মথৌদা পুক্নিং চঙই। মথোয়না মথৌ পাংথোক্নবা হোৎনবদা অন্নাবা খুদোংথিবা অমদি মথন্নাই থান্নবা কাওবা করিশু হনবা তৌদে। অহুনা উলফ কব অমনা মহাক্কী মথৌদা পুক্নিং চঙগনি। করিগুম্বা মহু তৌবদা খুদোংথিবা থোক্লবদা মহু করিশু নাচুংদনা মথৌ পাঙথোক্নবা হোৎনগদবনি।

উলফ কব অমনা ময়ামগী মমাংদা তৌগদবা মথৌদি, মহাক্না কবকী লো অমমুং রাশক পাংথোক্নবা হোৎনবনি। অহুনা অচুম্বা উলফ কব অমা ওইনমবা মথোয়না মহু চিংফা পুহুনা নীংথিজনা থঙলগা ফজনা পাংথোক্নবা হোৎমগদবনি।

হৌজিক মথোয়না তমগ্রবা কবকী রাশক, কব লো, সলাম, গ্রান্দ হোলনচিংব নিংশিংলিব্রা য়েংশি। মথোয়গী অকেলানা অসিগুম্নবা মান্নবা পোৎলমশিং অসিদ নীংথিজনা হায়বিগনি।

## তেন্দরপাদ অমগী ফম হাপ্নগী মথৌ

কনাগুম্বা অমা উলফ কব অমগী রাশক লৌবা মতমদা মথাগী থৌরম অসি তৌই। রিক্রুট অমা পেরেড সার্কলদা পুশিল্লি। মহাক্কী তুপী অহু মমাংদা লেপ্লিবা কবমাস্তরগী মনাক্তা থম্নই।

কবমাস্তর — নংনা উলফ কব পেক, গ্রান্দ হোল অমমুং সলাম অহুগা লোয়ননা কবকী আইন অমমুং রাশক থংলব্রা?

রিক্রুট — হোয়, অকেলা, ঐ খংজরে।

কবমাস্টর — অহুদি কবকী আইন করিনো?

রিক্রুট — কবনা ওলদ উলফক্তা শিনৈ। কবতি মশাগী য়েংদে।

কবমাস্টর — নংনা উলফ কবশিংগী রাশক শক্নবা শেম শাহুনা লৈব্রা?

রিক্রুট — অহোয় অকেলা। ঐনা রাশকচরি, মদুদি, হেক ঙমজবা মথৌ ঈশ্বর অমমুং ইরৈবাক্কী মফমদা ইথো তৌজগনি, উলফ কব পেক্কী লো অহু ঙাকচগনি, অমমুং হুমিৎ খুদিংগী অফবা থৌরম অমমম পাংথোকচগনি। (রাশক অসি শক্লিনৈদা পেক অপুম্বা লেপথৎলগা সলাম তৌগনি)

কবমাস্তর — ঐনা, নংনা রাশক অসি নীংথিজনা ফজনা ঙাকনি হায়না থাজে। নং হৌজিক উলফ কব অমা ওইরে অমসুং স্কাউটকী মচিন মনাও ওইবগী মতুংদা অমা ওইরে। (মঙোন্দা মাগী বেদজশিং, মাগী তুপী উপশিনগনি— মহূ চুম্না উপনবা চ্যেকশিনগনি খুং ওইনা খুং শোক্লগনি। কবনা য়েংথংবা খুংতগী ওই থংবা খুংলোমদা বেদজশিং ওনগনি অমসুং খুং য়েংনা কবমাস্তরদা সলাম তৌগনি। অদুদগী ওস্থোক্লনগা পেক্তা সলাম তৌগনি। অহুদগী মিংকুপ থরা চেকশিন্না লেপকনি অমসুং পেক্না মহাকপু ওকপগী মওংদা সলাম তৌগনি) অহুদগী মহাক সিক্সতা য়াওহল্লে।

গ্রান্দ হোলগা লোয়ননা থৌরম অহু লোইশিল্লি মহুদগী ভেন্দরপেতনা হৌজিক ইহান হান্না চঙবা ঙমলে।

## সিক্স

হৌজিক মহাক অনৌবা মরুপ অমা ওইদরে অতবু তেন্দরপাদ ওইহনা পেক্কী ইউনিফোম শেংলে অমসুং মহাক্কি পেক্কী মেম্বর অমা ওইবদা নত্তনা মহাকন্না পেক অমা শারিবা সিক্সেসকী অমনি।

সিক্স অমা হায়বা অসি লিদর অমগা মথাদা অঙাং তরুক্না শেমই অমসুং মসি মতম পুন্নমক্তা থবক তৌনবা, শান্নবা পুনশিল্লি। সিন্না অমমমবু উলফকী মচুগী মতুং ইন্না অমুবা উলফ, রাওথাংনবা উলফ, অঙোবা উলফ, উং মানবা উলফ নত্রগা অঙাংবা উলফ কৌই।

কব খুদিংনা মখোইগী পাম্বোমদা ফিগী ত্রিভুজগী বেদজ অমা সিক্সগী মচুনা থেংলি। সিক্সকী লুচিংবা অমবু সিক্সর বৌ২ অমসুং মাগী ময়াথং অহু সিক্সশিংনা ইল্লি। সিক্স অমগী মথং অহু সেকেণ্ড কৌই অমসুং মহাক্না হেক ঙম্বা মতমদা সিক্সর অমগী মতেং পাংই। পেক অহুগী মতুংদা থাইদগী ফবা সিক্স অমা ওইরা মখোইগী কব খুদিংনা অমগা অমগা মতেং পাংনৈ।

## ৩ শুবা পন্দূপ

# "ষ্টার"

হৌজিক মহাক্না তেন্দরপাদ অমা ওইরবনিনা মহাক্কী তুপীদা স্টার অমি থেংপা য়ারে। মহূনা মহাক্না থবক তৌবদা নীংথিজনা তৌবা উৎনবনি অমসুং মপুং ফানা উলফ কব ওইরে। তৌইগুম্বসুং কবকী রাশক অমসুং আইন কাউদে। মরমদি মহাক্না ফম হাপ্পগী মতমদা তমথ্রবনি অহূনা মহাক্না মহু থাদোকপা অমসুং কাউথোকপা তৌরোইদবনি। মহাক্না মখোইশিং অসি মতম পুম্নমক্তা নিংশিংহূনা অত্তোপ্পা মীশিংদা ইতৎ-তত্তনা হায়বদা নত্তনা মহাক মশা অহূ সুমিৎ থুদিংগী পাঙথোক্নবা অমসুং অক্ষবা থবক তৌনবা হোৎনগনি।

অয়াম্বনা বোই স্কাউটকী বেদজ উরগা খঙবা ঙমই মদুদি তেঞ্জেগী মতোন্দগী মপানথংবা নাকল অনিদা ষ্টার অমমম লৈ। মখোই অনি অহূ উলফ কবনা স্কাউট অমা ওইদ্রিঙৈগ অরংবা মমিৎ অনিনি। মসিগী অর্থদি স্কাউট অমনা মহাক্না তমথ্রিবা হৈশিংবগী থবকশিং কব অম ওইরিঙৈদগী নীংশিংই। অহূগা মহাক্ন থদিংনকপূ উই, মহাক্না খঙদবা করিস্নু লৈতে।

ষ্টারশিং অহূ ফংননবগীদমক্তা কব অমনা খুদোংথিবা থবক কয়া তৌবা তাই মরমদি মহাক্না সেকেণ্ড ষ্টার ফংলবদি মহাক্কী মমিৎ অনিমক অহূ জঙ্গলগী মরমদ খলে হায়না উৎলি। হৌজিক করম্না ফাষ্ট ষ্টার ফংগে হায়বহূ য়েংসি।

## 'ফাষ্ট ষ্টার'

ভগুরপাদ অমনা ফাষ্ট ষ্টার ফংদ্রিঙৈদা মহাক্না কবগাস্তরগা মথাগিশিংসি প:স তৌনবা হোৎনগনি।

১। ভারতকী জাতিগী ফিরালগী মরমদা হায়গনি অমসুং করম্না পাইগদগে হায়বসু তাকনি। অহূগা ভারতকী জাতিগী ঈশৈ শক্কনি। অমসুং মসি করম্বা মতমদা শক্কদগে হায়বসু তাকনি।

২। মথাগী থৌরি মপুন অসি খঙগনি অমম্বুং করম্বা মতমদা শীজিন্নবগে হায়গনি। মহুদি লিতোন মান্নবা মপুন অমম্বুং থৌরি লিশন অসিনি।

৩। করোংচাক য়ুংবা, শগোল তোংবী শানবা, চাওরাক্লা মিটর ২৫ রোম্না কোইশিনবা কিগর ওফ এইটস্তা চোংহুনা চৎপা। বোল অমা খুৎ য়েৎ ওইনা তরুকরক মিটর তরারোম লাপ্পদা লৈবা কব অমনা ফাবা ঙম্নবা হুনবা। অহুগা মিটর তরারোমদগী হুল্লকপা বল অমা খুৎ অনিনা তরুক্লকি মহুংদা মরিরক ফাব।

৪। কোক্তা কিলোগ্রাম অনিরোম লুম্বা পোৎ অমা হাপ্লগা খুৎ অমত্তা পায়দনা নীংথিজনা মিটর তরারোম মাংলোমদা চৎলুরগা অমুক খোংশানথিবা মফমদা হল্লকপা। কব অমনা তুবী উপ্পা য়াই।

৫। মহাক্লা করিগীদমক্তা মখুৎ মখোং নান্না অমম্বুং খুজিল অহু লুনা অমম্বুং তেন্না ককপগী মরম, য়া শেংনা থীনবা, নাতোন্দ স্বর হোমবা অসিনচিংবা হায়রগা মখোয়বু থবক ওইনস্তু তৌবা।

৬। ঘড়ী অমগী পুংজা হায়বা ঙম্বা

৭। পাম্বী মচা অমা হৌহনবা।

৮। খোংউপ, নত্রগা বুক জুন্না অমা শেংদোকপা ফীরোন নাংথিজনা থুপচিন্দুন কবমাস্তরনা পেম্নবা তৌবা। মরমদি মহাক্লা মখোয়গী পেক্কী ডেনবু লুনা থমনবা হোৎনগনি।

৯। মহাক্লা লম্বীগী খুদমশিং খঙনবা হোৎনগনি।

১০। কব অমা ওইনা নীংথিজনা থা অহুম লৈগনি।

ফাষ্ট ষ্টার অসি তুবীগী মমাংদা, উলফ কব বেদজগী য়েৎথংবা নাকলদা থেংকনি।

## ভারতকী জাতিগী ফিরাল

ঐখোয়গী ভারত জাতিগী ফিরালনা ঐখোইগী খুদগনি। মসিগী অশাংবা অমস্তুং অপাকপগী মঙাদি অহুমগা অনিগগী মপানি ( ৩ : ২ ) অহুগা ফৈনা মানবা কাতুপ কাতুপ মচু অহুমগী হায়বদি গেরুয়ানা মথক্তা অঙৌবনা য়াইদ চন অমস্তুং অশুবনা খা থংহনা লৈ। মসিগী ময়াইদা অশোকী চক্রনা শংবান্নবা মচুনা ঙাম্খোইরি। মসিগী অপাকপনা কাতুপ অমগী অপাকপগা অম্ধানি। গেরুয়া মচুনা থৌনা অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপা; অঙৌবা মচুনা অহিংশা অমসুং মী খুদিংগী অফবা শনবা অমসুং অশংবা মচুনা থাজবা অমসুং থৌনা ফবা শংহল্লি।



জাতিগী ফীরাল অসিনা ভারতনা স্বাধীনতা ফংনবা অমসুং মাগী প্রজাশিংনা ভক্তি লৈবা অতুগীদমক্তা উৎল্লি। ফিরাল অসি পাইহনবনা প্রজা পূম্নমক্কী ইজ্জৎনি। ঐখোয়না মসিদা ইকাই খুম্নবা উৎপনা ইথৌনি। স্কাউটশিংনা মরুওইনা চেকশিন্না হোৎন্দুনা অতোপ্পদা খুদম ওইনা উৎন্নবা হোৎনগনি। করিগুম্বা ফিরাল অমত্তনা জাতিগী ফিরালগী মথক্তা মথোঙ অমতদা রাংনা পাইবা য়াদে। মসিনা ইহান হানবদা য়েৎথংবদা থমগদবনি। করিগুম্বা ফিরাল অমা ফজ্রবসু মহু হুন্দোক্লোই মফম চানা মাংহনগনি।

## করম্না জাতিগী ফিরাল পাইহনগনি

হৌজিক মী খুদিংনা জাতিগী ফিরাল অসি করম্না পাইবগে হায়বা খঙ-গদবনি। অদুবু মী অয়াম্বনা করম্ তৌনা ফিরাল অমা মথক মখা ওন্ননা

চিংখৎলবদি স্কাউটশিংগী মমিৎতা য়াম্না থীনা উই। ভারতকী জাতিগী ফিরালদি গেক্করনা মথক্তা থংগনি অহুগা অশংবনা মথাদা লৈগনি। হায়রিবা অসি স্কাউট খুদিংনা কাওরোইদবনি।

## ১। ভারত জাতিগী ইশৈ

জন গণ মন অধিনায়ক জয় হে। ভারত ভাগ্য বিধাতা। পঞ্জাব, সিন্ধু, গুজরাট, মরাঠা দ্রাবিড় উকল, বঙ্গ, বিন্ধ্য, হিমাচল, যমুনা গঙ্গা, উচ্ছল জলধি তরঙ্গ, তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিষ মাগে, গহে তব জয় গাথা! জন-গন-মঙ্গল দায়াক জয় হে! ভারত ভাগ্য বিধাতা জয় হে, জয়-হে, জয়হে জয় জয় জয় জয় হে!

## ২। কিশিশিং

কব খুদিংনা কিশিশিং নীংথিজনা কিবা জাগনবনি কিশিশিং অসি তম্বর য়াম্না লাই অমম্তুং মথোইনা হেক খড়বগা মহু অতপ্পগী শিবা করম্না তৌবনো হায়বা হেক্তা হায়বা জমগনি। অহানবা ইরগী মমক্তা কব অমনা য়াম্না কাম্নরবশিংগী মতুংদগী অনিথক খঙ্গনি। মথোইশিং অহু তম্বদা থৌরি নত্রগা প্লষ্টিক রায়ার শিজিন্নৌ। কিশিশিং অহুদি অমনা থৌরি সিতল মাম্নবা মপুননি। অসিনা বেন্দেজনচিংবা পুনবদা শিজিন্নৈ। অহুগা অমনা থৌরি লিশন অসিনা থৌরি অমগা অমগা শম্নবদা অমম্তুং পৈয়া অনী শম্নবদা শিজিন্নৈ।

## ৩। করোংচাক মুংবা

মন মুংবা অসি কোক্না লৈবাক্তা অহুগা মথোঙনা মথক হায়গৎতুনা লৈবনি। অহানবদা লৈতানা ফম্নগা মাংলোমদা কোখৌ অহুগা কোক্না লৈবাক্তা থম্নগা খোংনা মথক্তা থাংগৎলু। মক্ত ওইবা নীংশিংবা মরমদি মতম পুম্নমক্তা তুদনবা হোৎনগনি।

## ৪। হঙোই চোংবী

হঙোই চোংবীদা তৌগদবা থাইদগী অরুবা থবক্তি মহাক্কী খুৎশাগিং অহু য়াংহনবনি। কৈদৌঙৈনসু কুম্নহনা লৈরিবা অঙাং অহুদা কন্না নমথয়োইদবনি। অহুগা খুৎশাদনা মনগন্দা শোক শোক্লুমা চোংগদবনি। অসুম তৌনা কব অমন মপাঙ্গল থুদেক্লুনা মখোয়গীদমক্তা লেপ্পুনা লৈরিবা অহুদা চোংলগা মখোয়না অমুক থুংনা নখোঙ পাইরগা নীংথিনা লেপকনি।

## ৫। ফন ফন চোংবা

মসি হোৎনবগী মথা পোল্লি। উচেক অমগুম্না চোংবা তমজ অহুগা শামুগুম্না তৌগনু।

## ৬। বোন হুনবা অমসুং ওকপা

বোন অমা হুনবা হায়বা অসি য়াম্না লাই অহুবু কব অমনা মিটর তন্না লৈরগা ওক্নবা হুনবা তারবদি হোৎনবা য়াম্না দরকার লৈ। বোন অমা ওক্লবা খুৎশি কবকী মওংদা শারগা বোল অহু ওকপা মতমদা থরা চিংলপ্না চোংদনা ওক্কনি। অঙং থরনা মখোয়গী মথুৎ অহু ইকন কন্না লৈরগা বোল ফানবা তৌই, অদুম তৌরবদি মহাক্না কৈদৌঙৈনসু ওম্লোই।

## ৭। নাতোন্দা স্বর হোনবা

মখোয়না স্বর নাতোন্দা হোনগনি। মরমদি চীনগী ময়াদা লৈবা খৌরি অহু য়াম্না থোৎলি অমসুং হেক্তা লোক থুংগল্লি অমসুং নাগল্লি। অহুনা চীন্দা স্বর হোল্লবদি অইংবা মুশিংনা মহুদা খুদক্তা ফুই অমসুং মহু ইংই। অহুগা নাতোন্দা স্বর হোল্লবদি মসি য়োৎবদা লুখু লুখু শাই।

অসিদসু নত্তনা নাতোন্দা স্বর হোনবগী মরমসু লৈ। মহুদি মুংশিংতা মহিক অশীকপা তাউহনা লৈ, মখোয় অসি অসুক্না মতিক পীকই মহুদি য়েংথদ উবা ঙমদে, অহুবু অশীকপা চাওখোকহনবা খুলাইনা উবদি ঙমই। মখোয় অসি য়াম্না খুদোংথীবা জীবনি। মখোয়না হকচাং মসুংদা চঙশ্রবদি লাইনা মথল মথল তৌই।

য়াদা স্বর হোল্লবদি হায়রিবা মহিকশিং অসি চাকখাওদা চঙখিবা য়াই অমসুং অমাং অতা য়াম্না থোকহনবা য়াই। অদুবু নাতোন্দা হোল্লবদি নপনা নপশিল-গনি অমসুং নপ শিংতোকপা মতমদা য়াওখিগনি। অদুগা থবক কন্না শুবদা য়া কাখোল্লবদি তিল কংখিগনি অমসুং ঈশিং খোৈরাংগনি অদুবু নাতোন্দা হোল্লবদি হায়রিবসি থোক্লোই।

চিন্না চাক চানবনি অদুগা নাতোন্না সুংশা স্বর হোন্নবগীনি। নোংচুপ আমেরিকাগী রেড ইণ্ডিয়ানশিংনা মখোইগী মচাশিং পুন্নমক নাতোন্দা সুংশা স্বর হোনবা তম্বীনবা অহীং সুংথিলদা মচিন পুনশিল্লি। মখোয়না তৌরিবসি তুম্বা মতমদা নাখোওনবনি। ময়মদি য়েক্লবনা কোইশিনবা লৈবাক অমদা না-খোকপা হায়বসি য়াম্না খুদোং থীবনি। মখোয়না ইরাই লায়না কদাইদা তুন্নিবা হায়বা খঙবা ওমই।

## ৮। খুজিলশিং

জপানগী লাণ্গীশিংগী মরক্তা সিফাইশিংনা য়াম্না লু-হেল্লী, মখোয়না চাক চাত্রিঔগী মমাংদা মখোয়গী মখুং হামদোকই অমসুং মখোয়গী খুজিলশিং অদু অমুক্তম্মু মোৎনা থমদে। অসুন্না থাজনৈ মদুদি, খুজিল নান্না থম্বনা সিফাইশিংগী মসুংদা অনাবা য়াম্না কল্লি।

ময়মদি ছ পুরবা অপিকপা মহিকশিং সুংশিত্তা তাউদুনা লৈবা অদুনা অমোৎপা খুংকী খুজিল মসুংদা লোৎতুনা লৈ। মরম অদুনা চ্যোকশিন্না খুং লুনা তোগনি। অদুনা খোঙ অমসুং খুংকী খুজিল ফজনা নীংথিজনা কক্কনি।

মখোয়না খুজিল ককপা মতমদা চ্যোকশিনগদবনি অমসুং তোইনা হাপ্তুগী নল্লগা তরানি তন্নানি খুদিংগী কক্কনি। অদুগা খোঙগী খুজিল ককপদা কোইন ককলোই তুবৎ কক্কনি। খুংকী নীংথিজনা কক্কনি অমসুং মীংথীজনা কোইনা কক্কনি। মসিনা খুজিল মচি চংবা কৈ। খুজিল য়ানা চিকপা অসি য়াম্না কংজে।

## "য়া"

কনাগুম্বা অগনা মাগী চিঞ্জাক অহু নীংথিজনা শাইতনা চাক্রবদি মদূনা চাকথাও য়ৌগ্রগা ঈ নীংথিনা ওইবা ঙমলোই। অহুনা ঐখোইগী য়াশিং অসি নীংথিনা কন্না থমগদবনি। হু পূরবা মহিকশিংনা য়াশিং নত্তনা অতোপ্পা হকচাংগী শরুক্তা য়াম্না লাইনা চঙবা ঙমদে। মখোয়না য়াগা তাইনবা য়ারি অহুদা চঙখি অহুগা য়া নাবা থোকহল্লী। অহুদগী চিঞ্জাক অহু নীংথিজনা শাইরম্লোই। অহুনু ঐখোয়না য়া তৎতনা থিনবা অমম্তুঃ ফজনা শেংদোক্লবদি হায়রিবা মহিকশিং অসিদগী লাপনা লৈবা ঙমই। ঐখোয়গী মনিপুরগী চৎনবী য়াহৌবগা চীন-য়া শেংবা মায়-মিৎ তাথোকপা অসি শোইবা য়াক্রবা মথৌ অমা ওইনা অমম্তুং চাক চাবা তোক্লগা চিন-খা ফজনা তেংথোকপা অসি শোইবা য়াদ্রবা অমনি।

## "খোঙ"

ঐখোইগী খোঙ অসি মতম চুপ্পদা খোঙউপ উপ্তুনা লৈবা অসি ফত্তে অহুনা হুত্তং-তত্তনা হামদোকদোবনি। অহুগা খোঙ অসি খোঙউপ তোংক্রবস্থু য়াম্না লাপনা চৎপা ঙমদে। অহুগা হুমাংদগী খোঙসি চোংতুনা ঈশিং হানবস্থু য়াওই। মরমদি খোঙশিং অসি থোংলকই অহুনা তক্লবা অহুদা লাইনা ঈশিং হাল্লি। মসি থিংননবা উপাইদি তোইনা ঐখোইগী খোঙুপ মোজা লৌথোক্তুনা কংহনগনি, অহুম তৌরবদি উনশা অসি কৈদৌঙৈদস্থু চোং-চোং লাউহুনা লৈরোই। খোঙুপ উপত্রিঙৈদা শাবন নোইথোক্লবা অমম্তুং মালহনবনা তক্লবা থরা শাকৈ। করিগুম্বা মখোঙদা ঈশিং হানবা অনাবা অমা লৈরবদি মখোইনা মহু থরা চ্যেকশিনগনি অমম্তুং মহু লাইনা কগনি। অহুগা মখোইনা মাহু চ্যেকশিনদনা ঈশিং পোথাইগ্রবদি অনাবা অমা ওইগনি। ঈশিং হানবা অসি খোংঙুপ চিনবা অমম্তুং থুয়া পৈবদগী থোকই অহুনা খোঙ মোজা থরা থারপ তৌবা উপ্পগা কৈ। কৈদৌঙৈদস্থু খোংঙুপ মরি চিম্না তোংলোইদবনি। মহুনা লাপনা চৎপা ঙম্লোই। মহৌশানা য়াম্না

চৎলবদি খোঙ অসি চাওখোক্লকই অহুনা খোঙউপ থরা কোম্লপ তৌবনা শিংবা ওইগনি। মসিগুম্বা মরম থরা থরা অসি থঙলগা মহুগী মতুংইন্না চৎলবদি লমশাং চৎপগী মুংঙাইবা কংগনি।

## পুং য়েংবা হৈবা

থাইনা, থাইনা মমাংদৈদা মীশিংনা শাঙা ফাহুনা, হাংতুনা; চানরিদৈদা মখোয়না অহিং অমসুং নুংথিলদা পুং কয়া তাৱবগে হায়বা দরকার লৈরমদে। অহুবু হৌজিক্তি মীশিংনা তৌগদবা থবক অসি অমুকী মতিক লৈরে অহুনা সেকেণ্ড অমা কাওবা দরকার লৈরে।

অঙাংশিংনা স্কুলদা শুপাল অমসুং মশী থীবা তম্বদা খঙগনি মহুদি সেকেণ্ড ৬০ না মিনিট অমা মিনিট ৬০ না পুং ১ পুং ২৪ না নোংমনি। এখোয়না খঙই মহুদি ঘড়ী অমগী মমাইদা অচৌবা কাটা অনি লৈ। অদুগা ময়েক ১২ লৈ অমসুং অপিকপা লৈই মচা ৬০ লৈ। অতেনবা কাটা অদুনা তপনা ঘড়ীগী মমাংদা লৈ। মসিনা অঙ্ক ময়েকশিং অদুগী ময়াদা থিনবা মতমদা পুংশিং হায়। অদুনা মসিবু পুংজাগী কাটা হায়না কৌই।

থরা শাংবা কাটা অদুনা হেন্না থুনা চৎলি মরমদি, মসিনা মিনিট তাকই। মরমদি পুংজা কাটানা মশিং অমদগী মশিং অমা ফাওবা চৎপা মতমদা মিনিট কাটানা মশিং ১২ অদু লোইনা চৎকনি।

অঙ্ক ময়েক ১২ অসিনা থা দৈশেংনা পুংজা তাকই অদুগা মিনিট কয়া চৎখ্রবগে হায়বদুনা থিবদি মতম মাংই। অদুনা ঘড়ীগী মিনিট কাটানা হেক য়েংবদা মিনিট কয়া চৎখ্রবগে হায়না তাকই। মশিং অনিগী মরুংদা মিনিট কা মচা লৈ। মিনিটকী কাটানা মশিং ২ দা লৈরগা মিনিট ১০ নি ৮ দা লৈরগা মিনিথ ৪০ ওইগনি। অদুনা কব অমনা মথকীশিং অসি থঙলবদি পুং কয়া মিনিট কয়া তাখ্রবগে হায়বা ঙমনি।

## পাম্বী মচা অমা থাবা

মখাদা পাঁরিরা মরম অহুম অসিদগী অমা থল্লগা তৌগনি :—

(ক) মক্ক অমা ঈশিংদা, ঈশংদা, লৈঙোই নত্রগা লৈবাক্তা থাবা; মত্রগা (খ) চেসনাট অমা নত্রগা লৈবাক্তা থাবা নত্রগা (গ) হজাম, হরাইমজল মত্রগা উ হল্লাই উরিনচিংবা ফ্লামেন অমদা থবা। মখোয়শিং অসিগী কব অমনা হেক ঙম্বা মখে নীংথিনা অঙম্বা তৌ।

## খোঙউপ শেংদোকপা

খোঙউপ নীংথীজনা কাপ থাবা তোংবদা পুক্লিংদা হুংঙাইবা পোকই। অহুনা কব অমনা মাগী খোঙউপ নীংথীজনা শেংদোক্তুনা কাপ তোইনা থাগনি। অহুনা মথাগী পোংশিংসি চঙই :—

১। লৈখোমনচিংবা খেংতোক্লবা থাং অমা চঙই।

২। অকনবা ক্রজ অমনা অমোংপা শেংদোক্লবা চঙই।

৩। অমুবা শংন্নবা অমুবা ক্রজ অমা।

৪। কাফ কৌটা অমা

৫। অখোংপা লংখংহন্নবা ক্রজ অমা।

৬। তক্লবা ফীজেং অমা।

করিগুম্বা লৈখোম লৈনাং থোকপা জগাদা বুট শিজিন্নবদি থাইদগী হেন্না ফবা শেংদোক্লবদি কাফ থাবগী মহুৎতা গ্রীস তৈশিনবনা থাইদগী হেন্না কৈ।

## ফি থুপচিনবা

স্কাউটকী মততি "শেম শারো" হায়বনি, হায়বদি অহিং হুংথিল অনিদা মখোয়গী মথৌদা শেম শারো হায়বনি। লাণ্মী অমসুং হিহোনবা, মৈ চাকপা কন্নবা মী অমসুং পুলিস অমসুং অতৈ অসিগুম্বা থবকশিংগী মীওনা মতম লৈবা থিবিক্তা মখোয়গী মফি মরোল অহু নীংথীজনা থুপচিন্নুনা থমই। মখোইনা

অমম্বা হুমিদ্দাংদা কাওবা হেক পাইহনা পুবা য়াম্নবা ফীভমদা থম্মই। অম্মুম্না স্কাউট অমম্মুং উলফ কবশিংম্মু অসি মঙাই অমস্মুং মফী থুপচিনৰ মতমদা চোক-শিন্না অমম্মুং মফম চানা হেক হেক হায়বদা পায়বা য়াঙ্গবা মফমদা থমগদবনি। মখোয়না অমুক অনিম্নক অমম্বদা ফুক হৌগৎতুনা য়েংগনি। মতুদি নীংথীজনা শেম শাহুনা থম্নবা ফীরোনশিং অহু পাক হেক পায়হনা চৎপা য়াই। অহুগা মফম খঙদনা কদাই কদাইদা লৈবগে হায়না থিনবা তৌরাই। মসিনা করি-গুম্বা কান্দা মথরাই কম্নবা মরমস্মু ওইরকপা য়াই।

হিহোমবা অমম্মুং লাণ্মীশিংদি মখোয়গী মফী মরোল অহু য়ারিবমখৈ পিক্লা তাশিম্নবা হোৎনৈ। ঐখোয়না খঙলিবা অদু মঙাই মতুদি সিফাই অমনা মাগী মনঙ্গলগী নম্বোদা ফিরোল হোৎদোক্লবা অমস্মুং পোৎ-চৈ শিজিম্নবা পুজৈ। অহুনা পোৎশিং অহুনা নীংথিজনা থুপচন্দুনা জাগা য়াম্না পিক্লবা হোৎনৈ। অম্মুম্না কব অমম্মুং স্কাউটশিংনা কেম্প চৎপদা হেক য়ারিবমখৈ মফী মরোল য়াম্না নীংথিনা পীক্লা থুপচিম্নবা লাক্লগনি। হায়রিবা অসি মখোয়না হান্না হৈ-নদ্রবদি তৌবা ঙম্লোই। মরম অহুনা মসি ময়ুম ময়ুমদা নীংথীজনা তম্বা ঙাই। অম্মুম তৌবনা ফীদম্মু ফহল্লি অমম্মুং মতম্ম পুম্নমক্তা য়েংবদা ফজহল্লি। মসিদম্মু মতুনা করিগুম্বা মখোয়না ময়ুম থাদোকুনা দেশা জাগা অমদা লৈবা কান্দা মখোয়গী মপোৎ অহু নীংথীজনা ফীথুপ নাইনা থমফম চানা থম্নবদি, মতু কদাইদা লৈবগে হায়না হায়বদা ম্নাম্নোই।

## লু-হেনবা

কাষ্ঠ ষ্টারগী অহানবা চাংয়েংবদা মখোইগী পেক্কী দেন হায়বদি লৈকম অহু য়াম্না লুনা অমোৎ অকাই লৈহন্দনা মখোয়গী আকেলানা য়াম্নবা তৌগনি। অরাবা মীনা করিম্মু থন্দনা অমোৎ অকাই, চুরুট মতেক, বস টিকেট, হৈ-রা মকু চে মচেৎনচিংবা ইচাই চাইথাই। হায়রিবশিং অসি স্কাউট অমম্মুং কবশিংনা

নীংথৌজমা লৈরম্বদি অমত্তা উবা ফংলোই হায়না আশা তৌই। মরমদি মখোয়না হায়রিবা পোংশিং অসি মকম চানা থমগনি। মসিনা লম্বীশিংবু লুহংদবা নত্তনা খুদোংথীবা কয়া পোকবল্লি। লম্বী চচ্চবা মীশিংনা হৈরা মকুদা নাম্বু হুনা মখোং মথুং তেকপম্ব কয়া অমা য়াওহল্লি। মহুগী মথক্তা অপুম্বা হৈ-রা মকু মরাংদগী মহিক পোকহন্দুনা মুংশিং হুংশা শেংহনদে। অত্তবু কবশিংনা অসিগুম্বা অমোং অকাতশিং অসি চাওথংপা সহরশিংদদি লৌথোকচবগী খুদোং চাবা ফংত্রবম্ব লৈরক্তা করিদা তৌগনি। মরম অত্তনা কবশিংনা কৈদৌঙৈদম্বু লম্বীদা কেম্পত্তা চে মচেং উহৈ মকু মরাং হুপ্পোক্লোইদবনি। হায়রিবশিং অসি অমোং অকায় তাম্নবা জগাদা থাদবা নত্রগা খৈদা থাজিনগনি। কেম্পত্তা লৈরবম্বু মখোইগী দেন অহুগী লুবা হেনবগী মরমদা চাওথোকচগনি।

## লম্বীদা য়ৈথাই থিঙ্গায় লৈহনদনবা

কনাগুম্বা অঙাংশিংনা লম্বীদা কাতু কায়ন চংতুনা শান্নবা য়াওই। মসি য়োংনচিংবনা তৌগদবনি কবশিংদি তৌরোই। মীশিংনা পঙহুনা কারিগুম্বা তৌরুরবম্ব মহুগীদগাক্তা মতুংদা নিঙষ্লক্তবা থবকম্ব লৈ। মখোইনা কব অমা ওইবনা মখোই মশাদা কান্নবা পোকপদা নত্তমা অতোপ্পশিংদম্ব মতেং পাংবিহুনা হুপী অঙাং, অহল লমনশিংবু লম্বী লমথাংদা খুদোংথীবা থোক্তনবা শিনবিগনি।

অহুনা কবশিংনা অহানবা লম্বীগী খুদমশিং থঙবা তাই। লম্বীগী করম্বা মফমদা অমম্ভুং মতমদা লাম্হোক্তদগে হায়বসি য়াম্না কান্নবা মরম অমনি। মসিনা মীরৈবাকী মফমদা তোকম থোকপা মথৌ অমনি। মরমদি প্রজা অমা ওইবগী মথৌ অহু মীরৈবাক্তা তৌবা তাই।

## থবক তৌগদবা

করিগুম্বা মখোইগী মরক্তা রোভর স্কাউট য়াওরবদি মখোইগী মোত্তদি থবক্লি। অহুনা মখোয়না অফবা থৌরম তৌবা অমম্ভুং থাংঙৈশেংবা অকনবা থবক তৌবা হোংনগনি মদি রোভরশিংগা কবশিংগা তৌগদবনি। মরম অহুনা অহানবা হায়

ফংননবা মখোয়না থা অহুম মীংথিজনা থবক তৌগনি। মখোয়না পেক্কী ছিটিংদা তন্থনা মতম য়াওহনা মথৌশিং পাংথোক্কনি। মিটাং য়াওবদনসু মতিক চাদে। মখোইনা পেক অহুমগী কবশিংবু মতেং পাংজননবা য়াথংশিং ইনগনি। পুন্না শানমিন্নবগা লোয়নননা অতৈ থবক ইত্থাং তৌগনি। অদুগা মখোয়না স্কাউটকী লো অমসুং রাশক তাকপা অমসুং মতম লৈবা থিবিক্লা চৎনবা হোৎনগনি। মসি পেক্কা লৈরিঙৈদা মতুনা ময়ুমদা স্কুলদা অমসুং মকম পুম্নমক্তা তৌগদবনি।

মথক্তা হায়রিবশিং অসি নিংথীজনা তৌরবা মতমদা মহাক্না অহানবা ষ্টার ফংগনি। আকেলানা মখোয়দা মসি পিবা মতমদা য়াম্না চাওথোকচনা থৎচগনি।

## সেকেণ্ড ষ্টারগী চাংয়েংবা

কৌজিক কবশিংনা হান্নদগী থরা হেন্না মমিৎ মনা শিংলগনি। মখোয়না চাওবা হেনগৎপা ফনথৎপগা অমসুং শিংবা হেনগৎপাগা লোইননা মখোয়না থরা হেননা লুশিনবা থবক তৌবা তারে মদুদি :—

১। কোম্পাস অমা শিজিননদুনা মরুওইবা মতোন নিপাল অদুগী মরম হায়বা;

২। মথাগী কিশিশিং অসি কিবা তম্বা, অমসুং মখোয়গী শিজিননফম তাকপা মদুদি শামু থুরৌ, অমসুং লিরিমপুন।

৩। শেল শিজিননবগী মরমদা য়াম্না নীংথীজনা থংবা অমসুং মদু থবত্তা তৌদুনা উৎপা।

৪। ঊ, য়োৎ কাদ বোর্দ, অমদি অতোপ্পা পোংশক্না করিগুম্বা শকনাইবা অমা শাবা নত্রগা মোজা লোনবা, ফী শাবা অদু নত্রবসু চাক নত্রগা রনা ফিরাল লৈ-নচিংবা য়েকপা।

৫। ইমুং-মনুংদা মৈ অমা হোৌবা। করিগুম্বা রাহে তরামন্নাদগী হেন্দবা পাও অমা খোংনা চেনবা নত্রগা সাইকল তৌদুনা অকনবা লম্বীদা চৎতুনা চুম্না পিবা। পল্লিকী টেলিফোন শিজিন্নবা হৈবা অদুগা ফোন লৈত্রবা মফমদা করম্না অরাবা থুদোংথীবা মতমদা ডাক্তর পোলিস অমসুং ফায়ার ব্রিগেটকী মতেং ফংনবগী মরম তাকপা।

৬। খোঙ অনিমক পঙ্গৎতুনা মাঙলোমদা তরামঙা ভুং হন্না তন্না মঙারক থৌরি চোংবা। মিটর তরামুক শাংবা মিটর ½ পাকপা উবাক অমা মিটর অহুম রাংনা থন্নগা মথক্তা চৎপা।

৭। খুৎতা অশোকপা অমবু করন্না শেংদোক্তুনা বেন্দেজ পুনবা। খোপাইবা অমদা অম্মোৎপনা খোকহনবা খুদোংথীবশিং অহু থঙবা করিগুম্বা অচম্বা অশোক অপনগী মরমদা চহাঙ্গং লাকথবা অমসুং অহল লমনগী মতেং কংনবম্না কৌব নিংশিংবা।

৮। য়ুমশা নঙবা উচেক অহুমগী মরমদা য়েংবা অমসুং মখোয় মপুক্সি খঙদোকপা লোয়ননা উপাম্বী অহুম অমসুং প্রকৃতিগী পোৎলম অহমসু কব অমন খন্দোক্কনি।

৯। কব অমা ওইনা নিংথীজনা থা মাপাল থবক তৌগনি।

সেকেণ্ড ষ্টার অসি তুবিগী মগাংথংবদা থেৎলি অহুগা উলক কব বেজ[illegible] ওইথংবদনি।

## কোম্পাসকী মতোলশিং

কনাগুম্বা অমবু পাওই থাবা মতমদা অরাংরোমদা মত্রগা মথাদা চৎলু হায়না মাইকৈ অমা পিত্তুনা থাই। অহুগুম্না হি চৎপা সিকাই অমসুং স্কাউটশিংমু মহুম হায়না লমজিংই। অহুনা মখোইনা কোম্পাসকী মতোলশিং অহু থঙবা তাই। অহুগা কোম্পাস হায়বা অসি ঘড়ীগুম্বা অপিকপা মমাই লৈবা খুলাই অমনি। মসিগী কাটা অহুমতমক লৈ মহুনা মৃতম লৈবা থিবিক্তা অরাং মাইগৈতদা ওন্দুনা লৈ। থমউ থমউবা মফমদা অয়াংতমক তাকই। অহুনা লাইনা কোম্পাসগী মতোম্না থিনবা মাইকৈদা ওন্নগা খুৎ অনি তিংথোক্তুনা তুংলোম্না মথানি, খুৎ য়েৎ থংবনা নোংপোক্কি ওই থংবনা নোংচুপ মাইকৈ তাকই। মতৌ অম্মা মায়কৈ লেপ্পা য়াই।

অহুগা কোম্পাস য়াওত্রবা মতমদা হুমিত্তা য়েংহুনা মাইকৈ লেপ্পা য়াই। মরমদি হুমিংনা নোংপোক্তা থোকই অহুগা নোংচুপ্তা ভাই। মাইকৈ মরি লেপ্পব মথক্তা হায়থ্রিবা অহুগী মথক্তা অরাং নোংপোক্কী কাচিন্না চিংখৈ, নোংপোক মরক্তা মৈরম, খা নোংচুক্কী চুথেক্তা মোইরাং লাইজি অমসুং নোংচুপ অরাংগী মরক্তা কৌক্র লৈ। মসিগী মথক্তা মথক মখা অনী অমুক হাপচিল্লগা ভূপনা মাইকৈ তরা লৈ।

## কিশি মকি

অহানবা ষ্টারদা য়ান্না কান্নরবা কিশি মকি অনী তমগ্রে। অহুনা অনিশুবা ষ্টার কংত্রিথৈদা কিশি অনী অমুকসু তমগনি। মখোই অসি খরা লুই অহুনা মখোয়গী আকেলা নত্রগা সিক্সরশিংনা তাকপিগনি।

## শেল হৈনা শিজিন্নবা

মথংগী চাংয়েংবদি খরদং লুশিল্লি অমসুং মসি হিরম খুদিংদা শিজিন্নবা হোৎনগদবনি। অহুনা কবশিংনা মখোইগী লৈজরিবা চিঞাক, ফিরোল পোৎথৈ অমসুং শেলথুমগী মরমদা চেকশিন্নবা হোৎনগদবনি। অহুগা পেক খুদিংনা মখোইগী দরকার ওইবা পোৎ হায়বদি থোরি চোংনবা, সিগ্নেলগী ফিরালনচিংবা পুম্নমক লৈবগী মহুৎতা শাই। মখোয়না মশাগী ইউনিফোর্মশিং অহু নীংথীজনা শিজিন্নহুন লু-হেন্না অমসুং কুইনা পুল্সিনবা হোৎনৈ। অয়েষদা চিঞাকনচিংবা মাংহনবা তৌদে।

পৈশাশিং অসি চেকশিনগদবনি মরমদি, পৈশাশিং অসি য়াম্নগা লুপা শারকনি।

## নোমনা শাবা

অমুক্তদা হেক ইনাক খুমবা হোৎনয়োই অয়াম্বা পোৎচৈ ফুংনমবা অপিকপা পোৎভগী থমজিনবা হৌগনি। অহুগা খক অয়াম্বনা মতম খরা লৈরগা মুখ অমা নত্রগা হি অমা নত্রগা ইঞ্জিননচিংবা শাজবা পামই। অদুবু অহানবা খোংথাংদি

মখোয়শিং অহুগী নোমা অমা শাবা হৈবা তাই। মরমদি অচৌ অচৌবা থোং, তহাজনচিংবা শাগ্রিবা অসি অহানবদা নোমা শারগা কোনা শাখিবা ওহাক্তনি। মরম অহুনা কবশিংনা অচৌবা পোংচৈ শানিংলবদি হান্না অপিকপা নোমনা শাগদবনি। মখোয়না যুম অমা শানিংলবদি হান্না শম্বিচেনা মচা অমা শাগনি। অস্সুম্না শানিংলিবা অচৌবা পোং পুন্নমক্কী হান্না নোমা অমা শাহুনা মওং লেপ-থোক্কনি। অহুগা মেকানো নক্রগী মহুগুম্বা পোংনা শাবা নোমাদি চাংয়েংবদা শিজিন্নবা য়াদে।

## মৈ হৌগংপা

ইমু'দগী হেন্দোক্তুনা লমলক্তা মৈ-পোং হৌবনা হেন্না হুংঙাইবা কুম্মৈ অমা ওই। অহুগা মখোয় স্কাউট অমা ওইরবা কান্দা মচু নোংম্বা নীংথীজনা তন্নকনি। ইমুংদা মৈ হৌগংপা মতমদা থুনা থাগংনবা অমস্তুং হেন্না মৈরি কনা চাক্কবা কব অমা ওইরিবৈদা তৎগনি ঙৈহান হেক হা'নবদা মৈফম অদু লুহনগনি। হান্নগী উংথি য়াউথি শেংদোক্কনি অমসুং লুনা শেংদোক্কনি। মী অয়াম্বনা মৈতান হুন্দোক্তুনা শিং য়াম্না মাংহল্লি। অতৌনা কবশিংনা মৈতালশিং অহু য়ারিবমখৈ খনগংলগা থাংচৈংশেংবা উংতমক হুন্দোক্কনি। মৈতানগা কয়লা য়ান্নরগমু মৈরী হেন্না থোকই অহুবু মনিপুরদা কয়লা ফংদবনিনা কান্নদে।

মৈ হৌগংপদা য়াম্না চেকশিনগনি মরমদি মৈ হৌগংপদা মৈরি থোকলোই অহুনা কবশিংনা শিংদি থরদা হাপ্লগা চেনা য়ান্না হাপ্তুনা শিজিন্নে। থবর থরা শেগাইরগা তাশিল্লগা মদুনা শিং মথাদা থমহুনা অকংবা শিং মশা থরগা তাইন্না থম্লগা মৈ থাগংকনি। মসিদা শিং য়াম্না হাপচিন্দুনা ইফুন ফুল্লবদি মৈ চাকলোই অহুনা মৈরি ফাওবা ঙম্নবা মরক মরক্তা হোহনগনি। মৈ নীংথীজনা চাখংলক্তিবা ফাওবা নীংথীজনা য়েংশিনগনি। অহুগা মৈ থাগংলগা মী কনাসু লৈতনা হুন্দোক্তুনা চৎথোকলোই। মৈ নীংথীনা থাগংপা য়াত্রবদি, শিং মৈচাক ওইন্নবা থরা থিরগা মচু কুপ্পা থ'ইহুনা হান্না চাকহল্লগা থাগংকনি। স্কাউটশিংদি অহাংবা লমহাংদসু মৈ হৌগংলি।

## লমচৈ

স্কাউট শুদিংনা মথোইগী চাকথোংবা মকম অমত্তা মখোইনা খাদোক্লিংদা মুথংকনি। মহাক্না ঈশিং থৈজিন্দুনা মৈরিক অমা ফাওবা লৈতনবা তৌগনি। কালেন থাগী মতমদা মৈশিং অত্তুনা নাপি-শিং-বীদা রাইথ্রবদি য়াম্না থুদো থী ১সুং মুথংপা রাই। অদুবু লমৈশিং অসি স্কাউটশিংনা কৈদোইগুম্না থাদে। মসিদি অপঙবা মী অমত্তুং চেকশিন্দবা কাবুংনা তৌগ।

করিগুম্বা লমৈ চাকথ্রবদি য়াম্না পুনা মথং মথং শন্দোকখিত্তুনা মুথংনবগী উপাই লৈতে। মৈরম অত্তু থোবউবা শিং অদুদা লৈরম্বা উ-রা নাপী শিংবী শা উচেকনচিংবা লোইনা চাকথেবই। করিগুম্বা কান্দা মী ফাওবা শি। অদুবু স্কাউটশিংদি অমুক মৈরম লোবা চয়না তগ্র চানা অমুক মৈ থাদোকথ্রগা অহাংবা জাগা অদুদা লেপহৌদুনা লমৈদগী কনবা তমই।

মরম অদুনা মৈ হায়বা অসি য়াম্না চেকশিনবা দরকারনি।

## পাউ পুদুনা চনবা

অনীশুবা ছৈরগী চাংয়েংদা মসিগুম্বা অমনি। মসি অহানবদা পাও অদু নীংথীজনা থত্তদোক্লগা খোংনা চেনবা নত্রগা সাইকল তোংদুনা হাংক্লগদবনি। পাও অদুগী রাকৈশিং অদু পুক্লিংচংনা তাগনি, চিনফা পুপোক্কনি অমসুং পাও থারিবা মুপা অদুগী মমাংদা অমুক হায়রমগনি। করিগুম্বা অরান অদুই য়াওরবদি মানা অমুক চুমথোরক্কনি। পাও তম্বা হায়বা অসি য়াম্না লুই। থজিক্তা ওংহক ওনশিন তৌবদা য়াম্না শোয়বা য়াওই।

অদুনা পাও অমা অমদগী অমদা থাবা মতমদা পাও অদু শেংনা অমসুং চুম্না অতোপ্পা অদুদা তমগনি। অদুগা পাও মথং মথং মথং থাবদা অহানবগী অমা, অমিনা শোইবদা মতুংশিং অদুগুম্বু অদুম শোইথিগনি অদুনা পাওপুবি হায়বগী কারিত্ত কান্নবা লৈতে।

## তেলিফোন

পাও থাম্নাগী তোংঙান তোংঙানবা মওং লৈ। মাহুদি ফিরাল হাইহুনা, মৈ কাপতুনম্মু থাই। এরি করিগুম্বা মকমদদি বেঙ্গ্ল অমদি ক্রম থিন্দুনা পাও থানৈ।

হৌজিক্কী ম[illegible]দা তেলিফোন অমস্মুং রায়ারলেসনা পাও থাম্নবগী থুংলাইনি। অদুবু উম রামং, লৈ[illegible] থরাইদদি হায়রিবা থুংলাইসি লৈতে। অদুবু কবশিংনা করম্না তেলিফোন শি[illegible]গনি হায়বা অদু আকেলা অমদি অথংবা স্কাউটশিংদগী তমগনি। মসি তম্বদা পাব্লিক্কী ফোন্না মু ঙ ইগনি তেলিফোন অসিনা খংহৌদনা খোকপা মৈপোক লাংহৌনচিংবদা অথুবা পাও পিবদা য়াম্না কানৈ।

## থৌরিচোংবী

কবশিংনা মখোয়গী মম ময়বা অনিনা থৌরি হায়রগা তান চানা মখোইনা চোংলমদবা য়াই। অদুগা মখোইনা নীংথিজনা চোংম্নবা তম্বদা মথা য়াম্না শীজিননবা য়াই। চুমদ্রিং চুম্না লেপ্লুনা লেজুম হাইথহন্দুনা খোংশাশিং অহুনা থৌরি শোকনিং শোকম্নাং তৌনা লেপকনি। অদুগা মখোয়না কব অদু শেম শারব্রা হায়না হংগা য়ারে হায়বা মতমদা মখোই অনীনা থৌরি অদু মহাক্কী কোকতোঙ্গা হায়গংলনি। মতম অদুদা খুনীং অনি পুনশিন্না খোংদোল হায়দোক্লগা চোংথংকনি অদুগা লেবা ১ অমুক নেংপা মতমদা থ্উ থরা কোম্না লেপকনি। মাহুদগী থৌরি অদু মথন্তা পাইজদ্না চোংজবা তমউ। থৌরি অদ্ নিংথীনা থম্লগা য়াংলেন তিনা লেপকনি। মখোয়না মাংলোমদা তরামঙা তুং হম্না তরামঙা মতোমতা চোংগনি। অগুম্না মুম্মদা নীংথিজনা তম্লগা সেকেণ্ডরষ্টার পাস তৌগনি।

## উবাক লানবা

মিটর তয়ামুক শাংবা মিটর ১ অমরোম পাকপা উবাক অমবু মিটর অহুম য়াংনা লৈবাক্কী থাংগংলগা যাদ্গী মথক্তা কবশিংনা চংকনি। অদ্গা কবশিংনা

নীংথীজনা লানবা ওমদে, মরমদি মথোইনা মশাগী চাং পুবা ওমদে অদুনা য়াম্না খুদোংথীবা চাংয়েংবনি হায়না খল্লি। অদুবু হোৎন হোৎনদুনা নীংথিজনা ওয়নবা হোৎনগনি। অদুগা উবাক অদুগী মতোন্দা করিগুম্বা মথোইনা পাম্বা পোৎতা খরা থমলগা মাদু উবাক মথক্তা চৎতুনা লৌরুরগা অমুক উপাক্তা লাকউ হায়না হায়বদা মথোইনা খরা হৈঙিংবা পোকনি অমম্তুং উবাক লানবা নীংথিজনা ওয়কনি।

## অশোকপা মফম অমদা যোৎনা থম্বগী খুদোংথিবা।

করিগুম্বা অমোৎপা উনশা অমদা অশোক অপন য়াওরবদি, অনাবা অদ নাই চাই অমম্তুং হেন্না ফৎচনহন্দে। অদুগা অরুবা উনশাদা শোকপা ওইরবদি থুনা তাইশিল্লি অমম্তুং নাইনচিংবা চাদে। অদুনা মতম পুম্নমক্তা হকচাং লু-হেন্না থমগনি। অদুগা খরদং শোকপা মতমদা পুমথহন্দনবা হিদাক তৈশিনগনি।

অশোকপা পুম্নমক চেকশিনগদবনি, খজিক্তা শোকপা ওইবা য়াই খরা থীনা শোকপা ওইবা য়াই। অদু পুম্নমক নীংথিজনা চামথোকনি, উফুল রাঙফুল চঙদনবা কুপশিনগনি অদুম তৌরবদি থুনা তাইশিন্দুনা ফগনি। অদুগা কুপকদৌরিবা ফি অদুস্তু অমোৎ অকাই পকতবা অমম্তুং মহিকনচিংবা য়াওদবা ওইগদবনি অইংবা সুংশিৎতগী কুপশিনদুনা থমবম্তু শাথিগদবদগী খরা কৈ।

## মৈ পোকপা

করিগুম্বা হকচাংদা শোকপা থোৎপদা উনশা অসি তংশি অদুগা মসুংদা লৈরিবা শাদোং অসিদি য়াম্না থোংলি অমম্তুং সুংশিৎনা মাসিদা চাকথেকই। অদুগা কনাগুম্বা অমা থঙবৌদনা মৈনা পোক্লবদি, উনশা অদু চাকথেকখিগনি অমম্তুং সুংশিৎনা শাদোং মসুংদা চঙগনি। অদুনা মাসিদা তৌগদবদি মৈদা চাকক্লিবা

## উচেক রায়া উপান লাকপান

কনাগুম্বাশিংনা লরাই-থরাই চৎলুবগুম য়াওরিগনি অমসুং সহরদা লৈরা কাংবুনা মনাক মকপা উমং রামং, লৈকেংলনচিংবা চংলমগনি। অদুনু মখোইনা চৎলুবা মফম খুদিংদা শা-উচেক, উপাংশিংগী মরমদা য়েংনবা খুদোং চাবা ফংগনি। অদুগা মানা মউ য়েংলগা কয়ম্বা উশকনো হায়বা ভম্বনবা হোৎনগনি।

উচেকশিংনা লমলক্কী ওইগনি, অদুগা হাযগদৌরিবা মহৌশাগী খুপেম অদুম অদুগী মমু'দা কব অমনা হায়গ্রিবা অদু হঙ্গিনা হায়বা য়ারোই।

## থবক তৌগদবা

কব অমনা সেকেণ্ড ষ্টার ফংগ্রিবৈগী মমাংদা মহাক্না মখোইগী আকেলগী মফমদা মরম পুম্নমক নীংথিজনা হোৎনরে অমসু' মাদু পুম্নমক কৈদৌংউদম্ব কাওর-রোই হায়মা উৎকনি। মরম অদুনা মহাক্না থাংবৈশে না উলক কব অমা ওইদুনা অত্তে প্পা অঙাংশিংদগী খোইদোক হেনদোকপা মগুণ অমসু হৈশি বা উৎকনি অদুদগু নত্তনা হয়েং অহল ওইরবা ফাওবা অফবা মী অমা ওইরকনি হায়না থাজে। মরমদি মী অমনা মহাক্কী অঙাং ওইরিবৈদা স্কাউট ওইরকতবা অদুদি স্কুলদা তম্লকতবা মীগা চপ মানৈ। তৌইগুম্বসু স্কাউট ওইরকপা মীদি মখোয়শিং অদুদগী হেন্না অফবা মীশক ওই।

## সেকেণ্ড ষ্টারগী পরিক্ষা লোইশিনবা

সেকেণ্ড ষ্টারগী পরিক্ষা লোইরবা কবশিংনা মখোইগী মমিৎ মনা অদু শিংবা হেনগৎলগনি। মখোইনা আকেলা অতোপ্পা কবশিং, অপামবা অমসুং অতোপ্পা মীশিংদা হেন্না মত্তেংপাংবা ভম্নগনি। অদুগা মখোইনা ভমগ্রিবা তেন্দরপাদ, কাষ্ট ষ্টার অমসুং সেকেণ্ড ষ্টারগী নিয়মশিং অদু নীংথিজনা কাওদনবা হোৎনম্নি অদুকৌমথৈ কান্নবা ওইগনি।

## ষ্টার অনী ফংবা কবকী কম হাপ্পা

ভেন্দয়পাদকী কম হাপ্পগী মতাংদা পেক অহূ অহূনা পেরেদ সার্কলদা লেমই, অহূগা কব অমনা সে.কণ্ড ষ্টার ফংবগী মতাংদদি পুনশিন্না মকোক তুবী উপ্তুনা সার্কল মতুংদা লৈ। ষ্টার অনি ফংবগী তুবীশিং অহূ অকেলনা হাপচল্লি অহূদগী কবশিং অহূদা মহাক্না হায়বী মাহূনা মখোইনা মীংথিজনা মপুঙ কাবা উলফ কব ওইবগী পরিক্ষ পাস তৌরে। মহাক্না অনৌবা কবশিংনা মমিং মনাশিংলমদবা অহূ মমিং পাংনরে অমসুং অতৈ থৌরম কয়া থং-হৈরে হায়মা হায়বী। অহানবদা ভেন্দয়পাদ অমনা উলফ কব পেকী নিয়মশিং অহূ তমই, মাহূগী য়াশক অদু শকুনা মশা ফমবা অমসুং মপাঙ্গল কন্দুনা থবক হৈন্নবা হোৎনৈ।

অহূগী মতুংদা মখোইনা মশাগী মথৌ কয়া তৌজগদগে, চোংকনবা, লমজেন চেনবা অত্তোপ্পা অমদা থুদম তৌবা, শাদানবা, মচিজাক থিজবা অমসুং মখোইগী পেক্তা ভক্তি লৈবা অসিনচিংবা তৌই। মরম অহূনা মখোইনা কয়া পোৎ শাগদগে, লাইয়েকদগে, কিশি কিবগে অমসুং মখোইনা সমাজগী অমদি মরেবাকী কান্নবা অমা ওইগ্নবা হোৎনৈ।

মখোইনা সেকেণ্ড ষ্টার ফংলিবনিনা নীংথিজনা তমলবা উলফ কাউটকী মথৌশিং তৌহূনা মমিং মনা শিংলবা উৎলহূনা প্রজাগী কান্নবা তৌরগনি। অহূগা মখোইগী তুবীদা ষ্টার অনি য়াওবা উপ্তুনা মমিং অনিমক পাংলবা উলফ কবনি হায়বা উৎতুনা মাঙোন্দগী করিগুম্বা থৌরম অমতা নাহোক্তনবা হোৎনগনি। মখোইনা মতম লৈবাখিবিক্তা শেম-শাহূনা তুংদা থোক্লকদবা থৌরমশিংগী মরমদা নীংথনা পাঙথোক্লবা হোৎনগনি অহূগা অমুকন্দু হান্না তমখ্রিবা থৌরমশিং মীংশিং-হূনা থাহূ ঙাক্লা চৎনবা হোৎনগনি। অনুম তৌনা মীগী মতেং পাংবা মশাগী মথৌ পাঙথোক্লবা হোৎনহূনা মরেবাককী সেবা তৌহূনা মশা থীংবা অমসুং কান্নবং ফবাশং ওইহনগনি।

## ১বা কা লুপ—অতিয়াশ্চু

### থোমজিনবা



থৌরম অসিগী মতুংদগী অমথক য়াম্না লুহোম্না, নিয়ম নাইনা, থা অহুম তৌহনা মতুগী মরমদা মীংথিজনা থজনবা হোংনগনি অমম্নুং মতুদা থরাই য়াম্না য়াওবশু উংকনি। থোমজিনবগী থৌরম অহাদি কব অহুনা থনজগনি। মতুদি, ষ্টাম্পশিং ডাকীমুহর নম্বগীমখি, লাইয়েকপা পোষ্টকার্দ, চুরুপ উপু, উহৈ য়োম্বা চেথাও, মৈখেৎ উপু, পেজবয়েকশিং উচেকমতু, উনা নক্ষত্রগা লৈশিং মথক্কী অরোইবা অসিগী মতুংতা ফোতোগ্রাফিক নক্ষত্রগা কারবোন রিপ্রোদক্সনশু য়াই। নক্ষত্রগশু থবরদগী অককপা থম্নবা ড্রাইরী অমা থা অহুমগীদমক থমগনি

### য়েংশিনবা

১। মথরাই পানবশিংদগী য়েংব য়াবমথৈ য়েংশিল্লগা মখোয়গী লমচৎ শাজৎতগী লৌবা য়াবা লৌশিন্নব। হেংৎনগনি।



(ক) শারম তরুকতগী নক্ষত্রগা

(খ) উচেক রায়া তরুকতগী নক্ষত্রগা

(গ) বসন্ত ঋতুগী লৈরাং তরুত্তগী নক্ষত্রগা কালেম্বাগী লৈরাং তরুত্তগী নক্ষত্রগা শরত ঋতুগী লৈরাং তরুক্তগী।

(ঘ) উপাল তরুক্কী।

২। অমুক্তা থঙ্গ্রিবা লমদা লম্বী পুথোকপা, মসি তৌমবা পরিক্ষা লৌরিবা অহুগী ভাকপা মতুংইন্না তৌগনি অহুগা রিতম ২৭৫দগী থেননা লাপহনলোইদবসি। নক্ষগা ৮কোম্পাসকী মাইকৈ, লৈবা ৩। থুদমতৌবা নক্ষত্রগা লমগী মিরমাগী মুলন নক্ষত্রগা মখোইশিংসি পুনবা।

৩। কিম্'স মশানা ( kim's game) শান্নবা ওম্বা মশীং তন্নানিখো-ইদগী মাপন থনবা অহুগা অ্ুপতা তোঙান তোঙান থনবনু তৌনদে।

## মালি ওইবা — gardener

১। লৈকোন মচেং অমবু চেকশিন্না হোংনহনা লৈও থাগনি। য়ান্নবদি স্কোয়ান্ন মিটন্ন তরাতরুক চাওরাকনা মিটন্ন মরী পাক-পা মবা শাংবা ওইরবদি ফৈ। মাসি য়ামজবদা থা মাবরোম ফোগনি।



২। মশাদা পীরিবাশিং অসিদগী মমিং তরুক তরুক তাযগনি—

(ক) লৈকোনগী লৈরাং

(খ) য়েনশাং মনা-মশিং

৩। খেৎনবা তাককপা অমম্ুং মমিং হায়বা—

(ক) নাপীশিংবী মরি

(খ) লৈকোনগী য়েরুবা অহুম।

(গ) লৈকোনগী চামবা অহুম।

৪। থুংও থুংলাই হায়বদি, য়োংপাক, কোর্ক, খোন্নবাই [hoe], তাংজি [trowel], রেক[rak] নচিংবা নিংথিজনা শিজিন্নবা উৎকনি। অহুগা সহরগুবা লৈকোন মচেং অমা ওইননবা অগা লৈত্রবনু মখোইগীশিংসি মথন্ন ১ অমস্ুং ৪ গী মহুৎতা শিজিন্নগনি।

৫। উইন্দো বোক্স [window box] অমবু থা মরি চেকশিনগনি অনিদগী হেনবা চহি চুপ্পা হোবা পাম্বিনু চকুদা থান্নগা থা মরি চেকশিনগনি।

৬। মথাগীশিং অসি অনী থাগনি

ক। পাম্বী মচা অমনু ঈশিং, ইশং, লৈতোই নত্রগা লৈবাক্তা থাবা।

খ। চেসনট নত্রগা একোন অমা ঈশিং, লৈতোই নত্রগা লৈবাক্তা থাবা.

গ। হৰাম, হয়াই, হয়াইউরিনচিংবা থাবা। অহানবা ষ্টারগী পরিক্ষা অহুহনজিনলোই

## ২বা কাংলুপ-নাপু মচু

### লাইয়েকপা মী—Artish

১। পরিক্ষা লৌরিবা ওঝাগী মথাংদা পেনসিল, বৃস, কলম, নত্রগা চোক পেমসিলনা ইচম চম্বা য়ারি অমগী লাই নত্রগা থৌ-দোক অমা সেণ্টিমিতর তয়াহুমদোইদগী কুন কাওবা চাওনা য়েকনি।



২। মথাংগী অসিগী মরক্তগী অমবু ভৌগনি :—

ক। কলম অমসুং মুক নত্রগা পেনসিলা যেশা, শা নত্রগা মীগী শককম অমা নিংশিংহুনা য়েকপা।

খ। মহৌশাগী থোওচংতগী দৃশ অমা নত্রগা মথয়াই পানবা কাংলুপ অমা য়েকপা।

গ। থা অহুমগীদমক্তা লাই য়েকনবা বই অমমম থম্বা।

ঘ। মৈথেং মচৈগুম্বা লৈইনা লাই মরীদগী ভাদনা য়ারি অমা য়েকপিবা।

ঙ। মুক, পেন্সিল, ব্রস নত্রগা চোক পেন্সিলনা ইচম চম্বা গ্রিটিং কার্দ য়েকপা

চ। শককম অমা লৈবাক্লা, নত্রগা প্লাসতিক্লা শাবা।

অঙাং অমনা মহৌশানা পামলিবা মরম অহুদামপুক্লিং থৌগৎপিগনি।

### ইমুং মনুংগী থবক—Home craft

য়েংতুম অমা লোংলগা কুদাম অমা পানবা, শেগাইবা জরসি অমা লাংবা লোনবা {মারি শাবা} শেগাই তুগাই কোংপা অসিনচিংবা মথাংগীশিং অসিংদগী অনি ভৌগনি।



১। কান্নবা পোৎ অমা লোনবা।

২।লাং মচা অমা লোনবা, পোৎ অমা পুবা য়ানবা।

৩ কীঅথাবদা লাংবা লোনবা।

৪। যোমাদা নত্রগা কী অথাবদা কীদা লোনবা।

৫। মহাকী স্কার্ফ শুদোংগা ইস্ত্রি তকপা।

৬। থুম্মোক অমা শাবা।

৭। কোনা মনা Raffin না কান্নবা পোৎ শাবা।

## শান্নপোৎ শাবা—Toy maker



করিগুম্বা হি অমা, মোতর, কার, লাইকদিবী, শা নত্রগা শান্নপোৎ মওং চানা শাবা অম্মম্বং মচু চুম্না তৈবা অসিনচিংবা নথল অনি স্কাউট মাষ্টরনা য়াপ্পবনি

## ৩ বা কাংলুপ—অঙাংবা মচু

## ফাষ্ট এইদর—First aider



১। লু-হেন্না অশোকপা মকম অমা শেংদোকপা খঙগনি

২। খুং অমা অমম্বুং থুংউদা শৈোকপা অমা বেণ্ডেজ পূনবা অমম্বুং পাম্বৈমদা নীংথৌনা কী য়ানবা তমগনি।

৩। নাতোন্দা নাহি তানা লেপহনবা মরম খঙ-নবা হোংগনি।

৪। কীদা যৈ রাষ্টবা মুথংনবা মরম খংগনি অমম্বুং মৈ হায়ক্কেৎ চাকপা অমম্বুং ঈশিংনা পোকপা লাইয়েংবা হৈননবা হোংনগনি।

৫। অহল লমনশিংবু মতেং পাংননবা কৌবগী মরম খঙগনি।

৬। কারিঙবা চুকিলাওবা রাম্বরগী শৈবা তৌনব মরম খঙগনি।

## লমজিংবা—Guide



১। অচুম্বা অমসুং অংশবা ম'ইগৈ তাকপা ইমগনি কনাগুম্বা খঙদবা মী অমনা লম্বী হংলবদি মঙোন্দা নীংথীনা চুম্না লম্বী তাকপীগনি।

২ পুলিস ষ্টেসন, ডাক্তর, কেমিষ্ট, পব্লিক তেলিফোন, মৈ চকপা কম্বা ফ্যা, রেলৱে ষ্টেসন, পেট্রোল ষ্টেসন, মোতর গেরেজ অমসুং হোটেলগী মফম অমসু' অৱাংপ্পা খগনি।

৩। করম্না মৈ চ'কপা ফননবা মফম পুলিস, অমসু এম্বুলেন্সবু কৌবা খঙগনি

৪। সহরদা কবিগুম্বা বসগী নম্বর লৈরবদি য়ামত্রবদা রুত অনিদগী য়ামত্রবদ মরি ফাওবা খংননবা হোংনগনি।

লরাইদা লম অহুগী বসগী লম্বী খঙগনি।

## ইমুং নিথীনা থম্বা· House ordents



চা চফু অমদা লোনবা, হেক্কন কৌবা, অমসুং থোংবা, নত্রগা যুংপা ফমুং শেম্বা, কোলদিক কে দেবপা চিংংহোং অমসু পুখাংইগী পোং·চৈ শোংদোকপা, কাশিংতোকপা নত্রগা টেবল শোংদোকপা। টেবল অমদা মী অহুম চমং·বা শেমহনা থম্বা।

## ৪বা কা·লুপা—অশংবা

## এথেলেট

মজিগী পব্লিক্কা অজি "A" অমসুং "B" হায়না অনি থোক্না থায়দোকই। A ক্লাসনা চহি নিপাদ্দগী তরা কাওবগী কবদিং অহুগা B না চহি



তরাদগী তরানিথোইগী নি ! পরিক্ষা মওংদি চপ মানবৈ অছুগা ষ্টেন্দরদমক থেংনৈ।

ক্লাস A অমানা মথাগীসি তোগনি—

ক। মিটর ১৫দগী লমজেন মতেক সেকেণ্ড ১০ চেনব।

খ। মিটর ৭৫ রাংবা চোংবা।

গ। মিটর ১'৮ অশাংবা চোংবা।

ঘ মিটর 4½ মরি মথাই রাংবা উপাল অমা নত্রগা মিটর অছুনগী থৌরি অমা কাবা।

ঙ। ক্রিকেট বোল অমা মিটর ২০ লাপনা হুনবা অমসুং মিটর ১০ দগী লংঙকপা বোল অমা ওকপা।

চ। করোংচাক য়ুংবা।

ক্লাস B

ক। মিটর ১৮ গী লমজেন সেকেণ্ড ১০ দ চেনবা।

খ। মিটর অমগী অরাংবা চোংবা।

গ মিটর 2 শাংবা চোংবা।

ঘ। মিটর 4½ অরাংবা উ কাবা নত্রগা মিটব ৩ গী থৌরি কাবা।

ঙ। ক্রিকেট বোল অমা মিটব ২৭ লপনা হুনবা অমসুং মিটর ১৪ দগী লংঙকপা অমা ওকপা।

চ। থুংনা নৈবাক পাইরগা করোংচাক য়ুংবা।

## ইরোইবা Swimmer



ইরোইবা মিটর ৮ অমুক্তা লোইবা ঙমগনি ঈশিংদা সেকেণ্ড ৬০ লেংদাও ঙমগনি। তুংইননা মিটর ১৫ লোইগনি অদুগা ইরোইরিবৈগী ইরু-পপসু ঙমগনি।

## তিমগী মশান্ন – Team player

হোকি, ফুটবোলগুম্বা ময়াম পুননা শাননবা মশাননা অহু য়াম্না নিংখীবা মওংদা শাননগনি। টীম অহু কবম ষ্টরগী মথাদা লৈগনি। মখোইনা য়ামক্তবদা শীংনহুনা ভরুকলক শাননগনি। অহুগা কেপতেন অহুনা প্লেয়ার অহুবু শাননবগী অকবা পুকচেল চেনবনি হায়না হায়বিগনি।

## একাগাড়ি তোংবা—Cyclist

১। সাইকল অমা নীংথিবা মওংদা তোংবা শীজিন্নবা হৈগনি।

২। সাইকল শেংদোকপা, থাও থাকপা মুশিং হানবনচিংবা নীংথিনা খংগনি। অহুগা সাইকল তোংহুনা লম্বীগী খুদম, চৎকদবা নিয়মশিং অহু পরিক্ষা তৌগনি।

## বেদজ ফংবা – Winning Badges

বেদজ হায়বগী অর্থদি থবক য়াম্না তৌবা মরম অহুনা বেদজশিং অহু ফংননবা মহুগা য়রী লৈন্নবা থবক তৌগনি।

## তোতেম পোল—The Totem Pole

কব অমনা ফিরাল মখোক totem pole পুবা য়াই। মসি চৈ অমনি মখোক্তা কৈশাল মকোক অমা য়াওই। রিবোনশিংনা চৈ অহুদা পুনশিল্লি। অহাং অহুনা হৈশিংবগী বেদজ Proficiency Badge ফংবা খুদিংগী ফিরাল অমমম হাপ্পা য়াই। রিবোনগী মচুদি ত্রুপকী মচু মহাক্তা কংউরিবা বিষয় অহুগীনি। অকংবা মুপা অহুগী মমিং লেবেন মচা অমদা ইহুনা রিবোন্দ নপশিললি।

চহি অমদা লোইরগা রিং মমনা তারিক থাহুনা পংথৈ অমা থাইদোক্তুনা থবই। অহুগা অনৌবা লাকপা অঙনা অনৌবা চহিগী ওই। পেক অহুনা

কাংউরিবা অতোপ্পা বেদজশিং অহুম্ হাপচিনবা য়াই। পেক অহুদা য়াওরবা অক্তাং খুদিংগী পুথ্রাইগী য়োংপি অময়ম থাবম্ব য়াই।

### ৭ শুবা পন্দুপ

ঊরিনা উপাল্দা য়েংপগুম আইননা নাকন য়েংরোম ওইরোমদা কাঙ্গনা থমই। ময়মদি ক্রপ অহুগী মপাঙ্গল পেক্পা ওই পেকী নপাঙ্গল ক্রপনা ওই।

কনাগুম্বা অমনা ভেন্দরপাদ ওইনা মিং চনবা হৌদা চাওরব স্কাউটকী মচিন মনাও ওইবগী কাপ্লুপতা মিং চল্লে। অহুনা হৈগ্না থাজিনবা চাশিনবদা ভুংহনবা তৌরোই। অহানবদা স্কাটকী রাফল. অ ইনশিং অহু চংনব হৌহনা অচুম্বা উংকনি। অহগা পেক অগনা জঙ্গল নরসরা অমনি। অহুপা ক্রুপতি নমাগীদমক্তা থনজগনি অমস্ং ময়াই লেপচৈ

পেককিং অরোইবা মীটিং অহ লোইরগা মথাগী অসিগুম্বা তৌগনিং—

পেক অহুনা দেনগী অরোইবদা পেরেদ সারকলদগী অরোইবদা শাগনি। অমস্ং অতোপ্পদা হৌরবস্ব শাগনি।

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | s | | | | c | | | C = Cubs. |
| | s | | s | c | | | c | | C = C. m. |
| s | F S | | s | c | C T | | | c | S = Scouts. |
| | s | | s | c | | | c | | S = S. m. |
| | | s | | | | c | | | F = Proof flag. |
| | | | | | | | | | T = Totem. |

পেক্পা গ্রান্দ হোল তৌই। কবনা কবমাষ্টরগী মমাংদা থংনরকুনা পেকতা থদিং লৈনবা তৌবা য়াওই। কবশিংনা অহুদগী কবকী রাঙ্কশিং অহু হক্সিক

হজিল হায়হুনা রাশকই। মহাক্কী সিক্সতা লৈরিবা মী খুদিংমক্কা মথুৎ শোক্লে অমম্বুং মুয়াইদা হল্লকই। পেক অহুনা মাপী চিয়ার অহুম লাওবি। অঙাং অহুপা কবমাষ্টরগা লাইনা চৎলি মহুদা স্কাউট মাস্তরনা মখোইবু ঙাই-হুনা লৈরমই। কবমাষ্টর অহুনা অঙাং অহুবু স্কাউট মাস্তরদ শিন্নৈ মহক্কা মাবু অঙাং অহুদগী হোরসম্বুদা পুবিহুনা পেত্রোল লিদরদা পুখোকপি। পেত্রোল লিদর অহুনা কব অহুসু মহাক্কী পেত্রোলদা পুশিনবি। সিরোমোনি অহু ত্র্ুপকী খোল্লাও তৌরগা লোইশিল্লি।

## মথংগী থৈপ

কবশিংনা জঙ্গলদা কোইনা চৎপদা অমম্বুং মখোইগী মমিৎ মনা শিংলগনি অমম্বুং অঙকপা পোৎ কয়া উরগনি। হৌজিক্তি হামদগী হেন্না চাওরবা স্কাউটাংদা চঙলগনি অমম্বুং আকেল্লা অমম্বুং, পেক্কা মখোইবু গুৎ হন্তিং (good hunting) হায়না থৌগৎপিগনি। মখোইনা পেক্কা লৈত্রিবা পুন্দি অহু কদৌউদম্বু কাওরোই। কম্রিগুম্বা হুমিং অমুক লাক্রগা কবশিংদা মতেং পাংবিহুনা মখোইগী মমিৎ মনা শিংহনবদা মতেং পাংগনি।

---

লোইরবা